# ভট্টিকাব্যম্

## প্রথম খণ্ডম্

( প্রথমতঃ পঞ্চমসর্গপর্য্যন্তম্ )

টৈতেনোদ্দ অনুবাদ ও ব্যা-
শ্রীহিরন্ময় মজুমদার শর্ম্মা
মবোল।

প্রকাশিকা মে ১৯৬৭ ইং
জ্যেষ্ঠপুত্রী
শ্রীরাধামণি দেবী

সডাক মূল্য ৪·০

# ভূমিকা

শব্দ সমুদ্রবু নিংথিন শাক্লোক্লব "ভর্তৃহরিন" মাগী শিষ্য রাজকুমারবু চহি, অমগী মনুংদ ব্যাকরণ "ঠৈক্কনগুনি" হায়দুনা জঙ্গিম হৌরকপদ, লোংমেদি শামু মচ অমনা গুরু শিষ্য অনিগী মরক শমদোকখ্রে, অদুদগী চহি অম ব্যাকরণ তম্বদু লোম লৈ হায়রা নিয়ম অদিদগী ব্যাকরণগী অঙ্গ শুন য়াওরব রামায়ণগী কাব্য অম শেমদুন তম্বিখি। শিষ্য অদুসু কাব্য হৈবদ নত্তন ব্যাকরণসু নিংথিন হৈখি। অসিগুম্ব ভর্তৃহরিন লেংব কাব্য অসি "ভট্টি কাব্য" হায়ন পৃথীবিগী মফম পুম্নমক্ত মমিং চৎলব লাইরিক অসি ফাওরব পণ্ডিত কয়ানা সংস্কৃত টিক, বাঙ্গল অনুবাদ, হিন্দি অনুবাদনচিংব তৌদুন শন্দোকখ্রে। মৈতৈ লোন্দসু অনুবাদ তৌনিংবদগী হোৎনজরুই। মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগন চানবিদুন লুপা ২০০ (চনি) খক্তং মতেং পীবিদুনা অনুবাদকগী উৎসাহ পীবিরিব সরকারগী মঙ্গল পীরিনবগী দমক শ্রী শ্রীগোবিন্দগী" চরন্দ কেটেপ্রার্থন তৌজরি।

ভট্টি কাব্য শ্লোকতগী মণিপুরী অনুবাদ তৌজব অসি মিত্তাংবন লমজিংব অমসুং লোন্থোক্লবন বাঙাংগে খনবগুম ইতিক নত্তে খঞ্জে। তৌইগুম্বসুং মিত্তাংববু উহনবিব, লোন্থোক্লববু বাঙাংহনব গুম্বব, পণ্ডিত সমাজন চুমথোকপিগনি খঞ্জদুন হন্দকী লাইরিক অসি ফোংজরে। মতুং অসিদ পণ্ডিতশিংন পীবিরকপ মত লৌজরগ দ্বিতীয়ঃ সংস্করণদ শেংদোকচগনি ॥ইতি॥

হন্দকী লাইরিক অসিগী অনুবাদ তৌজব অসিদ কাব্যগী শব্দ সাগরদ ইরাক্লরবদগী লৌথৎপিদুন কন্দবিরিব, শ্রীব্রজবিহারী শর্মা কাব্য, ব্যাকরণ, স্মৃতি, তীর্থ গবর্ণমেণ্ট সংস্কৃতটোল ইম্ফাল, ওঝা ইবুংঙোগী চরন্দ হন্ন হন্ন থাগৎজরি॥

হায়জর অমসুং থাক্লমজব।
শ্রীমদীয়াব শর্মা

## পৌবিরকপ অভি মতঃ

কবি অথোইব ভর্ত্তৃহরিগী "ভট্টি কাব্যম" কাব্য জগত্ত শীং-থানরবনি। তোঙান তোঙানব লোল কয়াদ হন্দোক্লদুনা কাব্য ভাণ্ডার চাওখৎনব্রে। ঐথোয়গী ইমালোল মণিপুরিদসু কাব্য অসিগী রূপান্তর পুথোক্লকপ অসি থোইদোক্ল থাগৎনৗঙঙাইনি। মসিন, কাব্য প্রেমীশিংগী থোইদোক্ল ব্যাকরণ মধ্যগী পাঠ্য অম ওইবন, ছাত্রশিংগী কান্নব অম পীরগনি হায়ন আশা তৌই। থবক অসিন নহা ওইরিব অনুবাদক অসি অনুবাদক অমগী তুংগী আশা য়ায় উরি।

অনুমোদক

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারীশর্ম্মা
কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতি তীর্থ
অধ্যক্ষ ইমফাল টোল

ইম্ফাল,
তাং ২৭।১।৬৭ ইং

## স্তুতি তৌজব

পিতা স্বর্গঃ পিতা ধর্ম্মঃ পিতাহি পরমং তপঃ।
পিতরি প্রীতিমাপন্নে প্রীয়ন্তে সর্ব্বদেবতাঃ॥

নিবৃত্তি মার্গদ লেপ্লগ পরলোকপী মাইগৈবু য়েংল্লব, পিতৃদেব শ্রীনিংথেমজাও শর্ম্মন শাস্ত্রগী জ্ঞানবু মমি থজিক্নং তাহনবিরমহুন, লানঙমন্নব কাব্যগী শব্দ শমুদ্র থোংবান্দ লেপ্লগ, পাক্লব ঈশাবরবু নৈৎজে। মতম্ অদুদ পুক্লিংদ অকিব অমঙ্গুং মিপাইব ওইরক্লবদ, পিতৃদেববু নিংশিংলুরগ খংহৌদন মিত্তগী পী শিন্থবিব অসিন পেন-থিবু হায়ন পাংল্লব নচান হন্ন হন্ন স্তুতি তৌজরি॥

মহীশ্বর শর্ম্মা

# সূচীপত্রং



অশুদ্ধি পত্র তোঙাম্না হাপচজ্রে মরমদি শ্লোক অমসুং অঙ্ক অনি অসি চাশিন্নহুন য়েংবিরগ পাঠকশিংন চুমথোকপিগনি নিংঙ্গম্নি।

# ভট্টিকাব্যম্

## প্রথমঃ সর্গঃ।

অভূন্নৃপো বিবুধসখঃ পরন্তপঃ
শ্রুতান্বিতো দশরথ ইত্যুদাহৃতঃ।
গুণৈর্বরং ভুবনহিতচ্ছলেন যং
সনাতনঃ পিতরমুপাগমৎ স্বয়ম্ ॥১।

**অন্বয়ানুবাদঃ**—বিবুধসখঃ—লাইগী মরুপ ওইব অমসুং পণ্ডিতক মরুপ ওইরব, পরন্তপঃ— য়েক্লববু নৈহৎলব, শ্রুতান্বিতঃ — বেদ শাস্ত্রন তিল্লব ( হৈরব ) দশরথঃ ইতি — দশরথ হায়ন কৌব, উদাহৃতঃ — ফাওরব; নৃপঃ—নিংথৌ অম, অভূৎ — ওইখি, সনাতনঃ — নিত্য ওইরব ( বিষ্ণুন ) ভুবন হিতচ্ছলেন—জগৎকি মঙ্গল ওইনব ( অফবশিংবু থৌজালবিব, ফত্তবশিংবু মাংহললনব ) ছল তৌদুন, গুণৈঃ—দয়াদাক্ষিণ্যনচিংব ( গুণ-খিবিক্ল তিল্লব ) বরং—অথোইব, যং—নিংথৌবু পিতরং—মপাওইন, স্বয়ম্,—মশামক্ল, উপাগমৎ—চৎখি—( লৌখি )। ১।

সোঽধ্যৈষ্ট বেদাংস্ত্রিদশানয়ষ্ট,
পিতৄনপারীৎ সমমংস্ত বন্ধূন্।
ব্যজেষ্ট ষড়্‌বর্গমরংস্ত নীতৌ,
সমূলঘাতং ন্যবধীদরীংশ্চ ॥২॥

**অন্বয়ানুবাদ** — সঃ =দশরথন, বেদান্-বেদশিবিকপু, অধ্যৈষ্ট =তমখি, ত্রিদশান্ —লাইশিংবু, অয়ষ্ট - পূজা তৌখি ( অগ্নিষ্টোম নচিংব যজ্ঞন ), পিতৄন্-পিতৃলোক্, পূম্নমকপু, অপারীৎ ---পেল-হন্খি, বন্ধূন্ - মরূপশিংবু, সমমংস্ত---দাননচিংবন সৎকার তৌখি, ষড়্‌বর্গং কাম---ক্রোধনচিংবা অমসুং নিদ্রা—তন্দ্রা নচিংব ষড়্‌বর্গবু, ব্যজেষ্ট—জয় তৌখি, নীতৌ—[ সামবেদ-নচিংব নীতি শাস্ত্রদ, অরংস্ত---শান্নখি [ পাখি ] অরিংশ্চ ---য়েক্লবশিংবুসু, সমূলঘাতং---মরু ফংন মাংহলদুন, ন্যবধীৎ হাৎখি। ২।

**মণিপুরী**— লাইগী অমসুং শক্তিগী মরুপ ওইরব য়েক্লববু নৈহৎলব বেদ শাস্ত্র পুম্নমক হৈরব দশরথ কৌব ফাওরব নিংথৌ অম লৈরম্মী। সনাতন ওইরব বিষ্ণুন জগতকী মঙ্গল ওইনব ( অফব জীবশিংবু থৌজালবিনব অমসুং কত্তব য়েক্লব-শিংবু মাংহলনব ছল তৌদুনা, দশরথ নিংথৌবু মপা ওইনা লৌখি। ১।

মহাক্না সামবেদনচিংব পাঠ তৌখি, অদুগা লাইশিংগীদমক যজ্ঞ তৌখি, পিতৃলোক্‌শিংগীদমক শ্রাদ্ধ তর্পণনচিংব কত্তুনা পেলহন্খি, মরূপ মপাংশিংদা দানুনচিংব তৌদুনা সম্মান-

বসূনি তোয়ং ঘনবদ্ব্যকারীৎ
সহাসনং গোত্রভিদাধ্যবাৎসীৎ ।
নত্র্যম্বকাদন্যমুপাস্থিতাসৌ
যশাংসি সর্ব্বে ভৃতাং নিরাস্থৎ ॥ ৩ ॥
পুন্যোর্মিহা ব্রহ্মসমুদ্ভৃষ্টঃ
সন্তর্পনো নাকসদাং বরেণ্যঃ ।

অন্বয়ানুবাদঃ—অসৌ—দশরথন, তোয়ং = ঈশিংদ, ঘনবৎ = নোং ওইন চুথব অহুগুম বসুনি—লংখিবিকন, ব্যকারীৎ—চাইথোকখি, [ দান তৌখি ] গোত্রভিদা সহ—ইন্দ্রগ লোইনন, আসনম শিংহাসন অমত্তদ, অধ্যবাৎসীৎ—ফম্মিন্নখি, [ অসৌ – দশরথন ] ত্র্যম্বকাৎ অন্যং—মহাদেব নত্তন অতোপ্প অমবু, ন উপাস্থিত—উপাসনা তৌদে, সর্ব্বেমুভৃতাং—খুৎলাই পাইবশিংগী, যশাংসি মিংচৎখিবিকপু, নিরাস্থৎ—তকথোকখি ॥ ৩ ॥

মণিপুরী তৌখি, (কাম-ক্রোধ- লোভ-মোহ-মদ-মাৎসর্য্য.) রিপু তরুক অসিবু জয় তৌদুন, সাম বেদনচিংব নীতি শাস্ত্রদ পুক্লিং থমলগ, য়েকনবশিংবুসু মক্ন ফংনে (লেমহৌব লৈতন) হাৎখি । ২ ।

দশরথ নিংথৌন নলথুম কয়ামুকন নোং ওইন চুদুন (প্রজা পুন্নমকপু) দান তৌদুন পেলফলখি । মহাকন ইন্দ্রগ লোইনন সিংহাসনে অমত্তদ ফম্মিন্নখি । অদুগ মহাদেব নত্তন অতৌপ্প লাই অমতসু নিংথিদে । অমসুং, খুৎলাই পাইব পুন্নমক্কী মিংচৎশিংবু নমথখি । [হায়বদি অথোইব নীকং পাইব ওইরমী ] ৩ ।

জজ্বাল লোকস্থিতয়ে স রাজা
যথাধ্বরে বহ্নিরভি প্রনীতঃ ॥ ৪ ।

স পুন্যকীর্ত্তিঃ শতমন্যুকল্পো মহেন্দ্র
লোক প্রতিমাং সমৃদ্ধ্যা ।
অধ্যাস্ত সর্ব্বর্তু সুখামযোধ্যা
মধ্যাসিতাং ব্রহ্মভিরিদ্ধবোধৈঃ ॥৫॥

অন্বয়াস্থ ঃ—পুণ্যঃ—শেংলব, মহাব্রহ্মসমূহজুষ্টঃ—বেদহৈরব ব্রাহ্মণ পুম্নমক সেবা তৌরব, নাকসদাং—লাই পুম্নমকপু, সংতর্পণঃ—নিংথিন পেলহল্লব, বরেণ্য—অথোইব, সঃ—মথক্ত হাইরিব, রাজা—দশরথন, অধ্বদবে—যজ্ঞদ,-অভিপ্রনীতঃ—মন্ত্রগী শক্তিন হৌরকপ, বহ্নিঃ যথা—মৈগুম্ব, লোকস্থিতয়ে—প্রজান নুংঙাইন—হিংনবা জ্বাল--চাকথংখি [তৌখংখি]।।৪।

পুণ্যকীর্ত্তিঃ--শেংন মিংচৎ লৈরবা, শতমন্যুকল্প—ইন্দ্রগ নান্নরব, সঃ—দশরথন, সমৃদ্ধ্যা—চাওখংলব [ঐশ্বর্য্য পদাবীন তিল্লব] মহেন্দ্রলোক প্রতিমাং—ইন্দ্রগী কোন্নুংগ মান্নন, সর্ব্ব র্ত্তুসুখাং—ঋতু পুম্নমক্ত নুংঙাইরব, ইদ্ধবোধৈঃ—জ্ঞানণ ঙাল্লব, ব্রহ্মভিঃ—ব্রাহ্মণশিংন, অধ্যাসিতাং—লৈরব, অযোধ্যাং—অযোধ্যা কোন্নুংদ, অধ্যাস্ত—লৈখি ॥৫॥

মণিপুরীঃ—বেদ হৈরব শেংলব ব্রাহ্মন পুম্নমকন সেবা তৌরিব লাই পুম্নমকপু সোম যাগনচিংব যজ্ঞ তৌদুন পেলহল্লব নিংথৌশিংগী মরক্তগী অথোইব দশরথন যজ্ঞদ মন্ত্রগী শক্তি দগী হৌরকপ মৈগুম্ন, প্রজান নুংঙাইন হিংমনব থৌরাং তৌখি । ৪ ।

নির্ম্মাণদক্ষস্য সমীহিতেষু সীমেব
পদ্মাসন কৌশলস্য।
উর্দ্ধস্ফুরদ্রত্নগভস্তিভির্য্যা
স্থিতাবহস্যেব পুরং মঘোনঃ ।৬।
সদ্রত্নমুক্তাফলবজ্রভাঞ্জি
বিচিত্রধাতূনি সকাননানি।
স্ত্রীভির্য্যুতান্যপ্সরসামিবৌঘৈর্মেরোঃ
শিরাংসীব গৃহাণি যস্যাম্ ।৭॥

**অন্বয়ানু** ঃ—নির্ম্মাণদক্ষস্য—শেম শাবদ হৈ শিংলব, পদ্মাসন কৌশলস্য ব্রহ্মাগী হৈশিংব অতুগী, সমাহিতেষু—নিংথিন শেমলব পোৎকী, সীমাইব—ঙমখৈগুম্নবঃ যা—অয়োধ্যাগী, উর্দ্ধস্ফুরদ্রত্নগভস্তিভিঃ—মথক্ত থামলিব মণি মুক্তাশিংগী থক্লোমদ ফ্ৰগৎলকপ মঙালন, মাঘোনঃ—ইন্দ্রগী, পুরং—কোনুংবু, অবহস্য ইব—নোক্লবগী মতৌগুম্ন, স্থিতা—লৈখি। ॥৬॥ যস্যাং—অয়োধ্যাদ, সদ্রত্নমুক্তাফলবজ্রভাঞ্জি—নিংথিজরব মণি মুক্তা হীরা খিবিক্ত তিল্লব, বিচিত্রধাতূনি—মথল মথা অয়াম্ব ধাতুন নিংথিজরব, সকাননানি—লৈকোনখিবিক্ত লোইনরব, অপ্সরসাং ওঘৈরিব—অপ্সরাশিংগী মপৈগুম্নবী, স্ত্রাভিঃ—নুপীশিংন, যুতানি—তিল্লবী, গৃহাণি—যুমশিংন, মেবোঃ—সনজিংগী, শিরাংসি ইব—চীংদোনগুমলব, ( তাং—অয়োধ্যাদ, অধ্যাস্ত—লৈখি ) ॥৭॥

**মণিপুরী**—অথোইব মিংচৎন তিল্লব, ইন্দ্রগ মান্নরব মহারাজ দশরথন মতিক মগুণদ ইন্দ্রপুরীগ মান্নরবী, ঋতু পুম্নমক্ত নুংঙাইব পীনরবী অমসুং জ্ঞান্ন ঙাল্লব ব্রাহ্মণশিংন লৈরব আসগুম্বী অয়োধ্যা কোনুংদ পাল্লম্মী ॥ ৫ ॥

অন্তর্নিবিষ্টোজ্জ্বলরত্নভাসো
গবাক্ষজালৈরভিনিষ্পতন্ত্যঃ।
হিমাদ্রিটঙ্কাদিব ভান্তি যস্যাং
গঙ্গাম্বুপাতপ্রতিমা গৃহেভ্যঃ ॥৮॥

**অন্বয়ানু ঃ**—যস্যাং—অয়োধ্যা অদুগী, অন্তর্নিবিষ্টোজ্জ্বলরত্নভাসঃ—মনুংদ লৈরিব মণিগী লংলব মঙালন, গৃহেভ্যঃ—য়ুমশিংগী, গবাক্ষজালৈঃ—থোংনাওগী অহোবশিংদগী, অভিনিষ্পতন্ত্যঃ—থোরক্লিব অদুন, হিমাদ্রিটঙ্কাৎ—হিমালয়গী বাংলব চীংদোন্দগী, গঙ্গাম্বুপাতপ্রতিমা ইব—হুন্দুন চেম্থরকপ গঙ্গাগী ঈশিং ঈচেলগুম্ন [ নিংথিজন ], ভান্তি—ঙাল্লি ॥৮॥

**মণিপুরী**—শেমশাবদ হৈরব ব্রহ্মাগী হৈশিংবন নিংথিন শেম্লব পোংকী ঙমখৈগুম্লব, অয়োধ্যাপুরীদ থামলিব রত্নগী মথকলোমদ ফুদোরকপ মঙালশিংন অমরাবতীবু নোক্লবগী মতৌগুম্ন লৈরিবী; অয়োধ্যা কোনুংদ দশরথন লৈরম্মী। ৬।

নিংথিজ্জরব মণি মুক্তা হীরা খিবিক্ল তিল্লব মখল মখা অয়াম্ব ধাতুশিংন নিংথিজরব অয়োধ্যা কোনুংগী মনাক্ত লৈকোন খিবিক্ল নিংথিজরি। অদুগ আপ্সরাশিংগ মান্নরবী নুপী পুম্নমকন লৈরিব য়ুমশিংন সনজিংগী চীংদোনগুম্ন ফজরব কোনুদ দশরথন লৈরম্মী। ৭।

অযোধ্যা কোনুংদ লৈরিব য়ুমশিং অদুগী মনুংদ থাম্লিব অমসুং হৎলিব মণিগী মঙাম্ন থোংনাওগী অহোবশিংদগী ফাওদোক্লক্লিব মঙালন, হিমালয় চীংদোন্দগী শাফু কন্ন চেম্থরক্লিব গঙ্গাগী ঈচেলগুম্ন নিংথিজরি। ॥৮॥

ধর্ম্ম্যাসু কামার্থযশস্করীষু
মতাসু লোকেঽধিগতাসু কালে।
বিদ্যাসু বিদ্বানিব সোঽভিরেমে
পত্নীষু রাজাতিসৃষূত্তমাসু॥৯॥

পুত্রীয়তা তেন বরাঙ্গনাভি
রানায়ি বিদ্বান্ ক্রতুষু ক্রিয়াবান্।
বিপক্তিমজ্ঞানগতির্মনস্বী
মান্যো মুনিঃ স্বাং পুরমৃষ্যশৃঙ্গঃ॥১০॥

**অন্বয়ানুবাদঃ**—সঃ—মথক্ত হায়রিব, রাজা—দশরথন, ধর্ম্ম্যাসু—ধর্ম্ম লৈরবী, কামার্থ যশস্করিষু— কাম, অর্থ যশগীদমক হোৎনরিবী, লোকে — পৃথীদ; মতাসু — লুনতৌরবী, কালে—মতমচান, অধিগতাসু—লুহোংলবী, ভিসৃষু—উত্তমাসু, পত্নীষু—অথোইবী ভর্যা।] অহুমদ, বিদ্যাসু—ঋগ, যজু, সামনচিংব বেদ খিবিক্ত, বিদ্বান ইব—পণ্ডিতশিংন তৌবগুম্ন, অভিরেমে—শান্নখি, (লৈমিন্নখি। ॥৯॥

পুত্রীয়তা— মচাপায়ব, তেন—দশরথন, বরাঙ্গনাভিঃ নিংথিজরবী পুরগী নুপীশিংন, বিদ্বান্—পুম্নমক খংলব, ক্রতুষু—যজ্ঞগী, ক্রিয়াবান্---ক্রিয়া পুম্নমক খংলব, বিপক্তিমজ্ঞানগতিঃ—জ্ঞান মার্গদ মুন্ন খংলব, মান্যঃ---মর্য্যাদা তৌনরব, ঋষ্যশৃঙ্গঃ---ঋষ্যশৃঙ্গ কৌব, মুনিঃ---মুনিবু, স্বাম্—মখোইমক্তী, পুরং---কোন্নুংদ, অনায়ি--পুশিনখি। ॥১০॥

**মণিপুরী**—দশরথ নিংথৌন ধর্ম্ম কাইদন অর্থ-কাম, মিংচৎপু ফংগে তাল্লিবী মরোল অহুম্মক্ত লুন তৌনরবী, অমসুং মতম চান লুহোংলবী কৌশল্যা, কৈকেয়ী, সুমিত্রা কৌবী অথোইবী

ঐহিষ্ট তং কারয়িতুং কৃতাত্মা
ক্রতুং নৃপঃ পুত্রফলং মুনীন্দ্রম্।
জ্ঞাতাশয়স্তস্য ততো ব্যতানীৎ
স কর্ম্মঠঃ কর্ম্ম সুতানুবন্ধম্ ॥১১॥
রক্ষাংসিবেদীং পরিতো নিরাস্থ-
দঙ্গান্যয়াক্ষীদভিতঃ প্রধানম্।

**অন্বয়ানুং**—কৃতাত্মা—যতন তৌন, রাজা—দশরথন, মুনীন্দ্রং—তাপস শ্রেষ্ঠ ওইরব (ঋষ্যশৃঙ্গবু), পুত্রফলংক্রতুং—পুত্রেষ্টি যজ্ঞবু, কারয়িতুং—তৌবিনবগীদমক, ঐহিষ্ট—হোৎনখি, ততঃ—অদুগী তুংদ, জ্ঞাতাশয়—মরম পুম্নক খংলব, সঃ—মথক্ত হায়রিব, কর্ম্মঠঃ—কর্ম্মদ থৌরব (হৈরব মুনিন, তস্য—নিংথৌগী, সুতানুবন্ধং—মচাগ মরী থাংনব, কর্ম্ম—কর্ম্মবু, ব্যতানীৎ—হৌগৎখি ॥১১॥

**মণিপুরী**—রাণী অহুমদ, বেদ হৈরব পণ্ডিতশিংন বেদ পাঠ তৌবদ নুংঙাইবগুম্ন, নিংথৌন (গৃহস্থ ধর্ম্মদ) নুংঙাইন শান্নখি। ॥৯॥

দশরথ নিংথৌন মচা পামলক্লবদ, বিদ্ধ ওইরব যজ্ঞ কর্ম্ম পুম্নমক খংলব, জ্ঞান মার্গদসু (মপুংফান) মুন্ন খংলব পুকচেল চাওরব মী পুম্নমক্ত মর্য্যাদা তৌনরব ঋষ্যশৃঙ্গমুনিবু বরাঙ্গনাশিংন মখোইগী কোনুংদ পুশিনখি ॥১০॥

দশরথ নিংথৌন যতন তৌন ঋষ্যশৃঙ্গমুনিদ মচা ফংনব যজ্ঞবু তৌহনগে হায়ন নিংখি। অদুগী তুংদ নিংথৌগী বাখল পুম্নমক খংলব অমসুং যজ্ঞ কর্ম্মদ হৈরব মুনিন নিংথৌগী মচা ফংননব পুত্রেষ্টি যজ্ঞ হৌগৎখি ॥১১॥

শেষাণ্যহৌষীৎ সুতসম্পদেচ
বরং বরেণ্যো নৃপতেরমার্গীৎ ॥১২॥
নিষ্ঠাং গতে দত্রিমসভ্যতোষে
বিহিত্রিমে কর্ম্মণি রাজপত্ন্যঃ।
প্রাশুর্হুতোচ্ছিষ্টমুদারবংশ্যা-
স্তিস্রঃ প্রসোতুং চতুর সুপুত্রান্ ।।১৩।।

অন্বয়াহু ঃ—বরেন্যঃ—অথোইব, (সঃ মুনিঃ—ঋষ্যশৃঙ্গন) বেদীংপরিত যজ্ঞবেদীগী অকোইবদ লৈব, রক্ষাংসি — হিংচাবশিংবু, নিরাস্থৎ— তকথোকখি, প্রধানম্ অভিতঃ— যজ্ঞকুণ্ডগী প্রধান ওইব মাইগৈ অনিদ, অঙ্গানি—প্রাচ্যনচিংব অঙ্গ পুম্নমক, অয়াক্ষীৎ পূজা তৌখি, শেষাণি—লেমহৌবশিং অদুন, অহৌষীৎ—হোম তৌখি, নৃপতেঃ—নিংথৌগী, সুতসম্পদে—মচা ফংনবগীদমক, বরংচ—বরসু, অমার্গীৎ—নিখি ॥১২॥

দৎত্রিমসভাতোষে—দানগী সদস্যন পেল্লব, বিহিত্রিমে—বিধিন নির্বর্ত্তি ওইরবদ (হায়রিব) কর্ম্মণি— পুত্রেষ্টিকর্ম্মন, নিষ্ঠাংগতে —সমাপ্তি ওইরবদ, উদারবংস্যাঃ —অচৌব শাগৈদ পোক্লবী, তিস্রঃ—মশিং অহুম শুবী, রাজপত্ন্যঃ— নিংথৌগী মুপীশিংগী, চতুরঃ সুপুত্রান্ —নিংথিরব মচা মরি. প্রসোতুং—পোক্লনবগীদমক, হুতোচ্ছিষ্টং —হোম তৌবদগী লেমহৌব হবি অদু, প্রাশুঃ—চাখি ॥১৩।

মণিপুরী —অথোইব মুনিন যজ্ঞবেদিগী অকোইবদ লৈরিব হিংচাবশিংবু ভূতাপ্রসারক, অমসুং রক্ষোঘ্ন মন্ত্রন তাস্থোকখি।

কৌশল্যয়াসাবি সুখেন রামঃ
প্রাক্ কেকয়ীতো ভরতস্ততোঽভূৎ।
প্রাসোষ্ট শত্রুঘ্নমুদারচেষ্ট-
মেকা সুমিত্রা সহলক্ষণেন ॥১৪॥

অন্বয়ানুঃ—প্রাক্ – অহানবদ, কৌশল্যয়া – কৌশল্যান, রামঃ – রামবু সুখেন – নুংঙাইন, অসাবি – পোকখি, ততঃ – অদুগা তুংদ, কেকয়ীতঃ – কৈকেয়ীন, ভরতঃ অভূৎ – ভরত পোকখি, একা সুমিত্রা – সুমিত্রা মথন্তন, লক্ষ্মণেন সহ – লক্ষ্মনগ লোইনন, উদারচেষ্টং – মথৌনা লৈরব, শত্রুঘ্নং – শত্রুঘ্নবু, প্রাসোষ্ট – পোকখি ॥১৪॥

মণিপুরী – অদুগী তুংদ পুত্রেষ্টিযাগগী প্রধান ওইব দেবতাবু পূজা কৎপ লোইরদুন অঙ্গ দেবতাবু পূজা তৌই। লেমহৌব যজ্ঞগী সামগ্রীন পূর্ণাহুতিগী দমক কৎলগ, নিংথৌগী মচা ফংনবগী ওইব যজ্ঞ দেবতাশিংদ বরপ্রার্থনা তৌখি।১২।

যজ্ঞ অদুন লোইশিল্লকবদ বিধিগী মতুংইন্ন ব্রাহ্মণশিংসু তৌরিব দক্ষিণা অদুম পেনখি। অদুগী তুংদ হোম তৌখিবদগী লেমহৌব হবি অদু, অচৌব শাগৈদ পোল্লবী মহারানী অহুম অদুন নিংথিবব মচা মরি ফংনব চাখি।১৩।

[ মতৌ অসুম্ন পুত্রেষ্টি যজ্ঞগী ফলন মহারানী অহুম অদু মথং মথং গর্ভাবতী ওইদুন দশমাসন পরি-পূর্ণ ওইখি। ] অহানবদ কৌশল্যান রাম পোকখি, অদুগী তুংদ অনিশুবী মহারানী কৈকেয়ীন ভরত পোকখি। অদুগ সুমিত্রা মথন্তন লক্ষ্মণগ লোইনন মথৌনা লৈরব শত্রুঘ্নসু পোকখি।১৪।

আচ্চীৎ দ্বিজাতীন্ পরমার্থবিদ্দা-
মুদেজয়ান্ভূতগণান্ ন্যষেধীৎ।
বিদ্বানুপানেষ্টচ তান্ স্বকালে
যতির্ব্বশিষ্ঠো যমিনাং বরিষ্ঠঃ ॥১৫॥
বেদোঽঙ্গবাংস্তৈরখিলোঽধ্যগায়ি
শস্ত্রাণ্যুপায়ংসত জিতরানি।
তে ভিন্নবৃত্তীন্যপি মানসানি
সমং জনানাং গুণিনোঽধ্যবাৎসুঃ ॥১৬॥

অন্বয়ানুঃ– যমিনাং—যোগিশিংগী মরক্তগী, বরিষ্ঠ—অথোইব, বিদ্বান্ —বিধি পুম্নমক খংলব, যতিঃ—ইন্দ্রি খুতুম্ চন্নব, বশিষ্ঠ— বশিষ্ঠকৌব পুরোহিতন, পরমার্থ বিদ্দান্—তত্ত্বজ্ঞান্ পুম্নমক খংলব, দ্বিজাতীন্—ব্রাহ্মণশিংবু, আচ্চীৎ—পূজা তৌখি, উদেজয়ান্—অকিবগী মশক ওইরব, ভূতগণান্—অঙাং মাংহললিবশিংবু, ন্যষেধীৎ—(মন্ত্রন) তাম্থোকখি, স্বকালে —মতমচান, তান—মখোইশিংবু, উপানেষ্টচ—উপনয়নসু তৌখি। ১৫।

মণিপুরী —যোগিশিংগী মরক্তগী অথোইব অমসুং বেদবিধি পুম্নমক খংলব যতি ওইরব বশিষ্ঠমুণিন পুরোহিত ওইতুন, তত্ত্ব জ্ঞান পুম্নমক খংলব ব্রাহ্মণশিংবু পূজা তৌখি। অদুগ অকিবগী মশক ফংলব অঙাং মাংহলনবগী মফম পুম্নমক্ত কোইচৎ চৎলিব ভূতশিংবু মন্ত্রগী শক্তিন তাম্থোক্তুন চংহন্নখিদে। অদুগ রামনচিংব মচিন মনাও মরিবু মতম চান উপনয়ন তৌখি। ১৫।

ততেঽথগং গাধিসুতঃ ক্ষিতীন্দ্রং
রামং বরীতুং পরিরক্ষণার্থং
রক্ষোভিরভ্যাহতকর্ম্মবৃত্তিঃ।
রাজার্জিহত্তং মধুপর্ক পানিঃ ॥ ১৭ ॥

অন্বয়ানুঃ—তৈঃ—রামনচিংবন, অখিলঃ—সম্পুর্ণ ওইন, অঙ্গবান্ --সাঙ্গ ওইন, বেদঃ—বেদবু, অধ্যাগাম্নি—তমখি, জিত্বরাণি —জয় ওইনব, শস্ত্রানি—খুৎলাইখিবিকপু, উপায়ংসত —তমখি, ( হৈখি ), গুনিনঃ-গুণ লৈরব, তে—রমনচিংবন —ভিন্নবৃত্তীনি অপি---তোঙাল তোঙালন পায়রব, জনানাং ---মী পুম্নমক্কী, মানসানি--- পুক্লিং ময়ামগ, সমম্---মান্নন অধ্যবাৎসুঃ---লৈখি ॥ ১৬ ॥

ততঃ---অতুগী তুংদ, গাধিসুতঃ---বিশ্বামিত্রন, রক্ষোভিঃ— হিংচাবশিংন, অভ্যাহতকর্ম্মবৃত্তিঃ—যজ্ঞ কর্ম্মগী বৃত্তি থুগাইববু পরিরক্ষণার্থং—ঙাকননবগী দমক, রামং—রামচন্দ্রবু, বরীতুং নিরুগে হায়ননিংদুন, ক্ষিতিন্দ্রং—দশরথগী ( মনাক্ত) অভ্যাগাৎ—চৎখি [ লাকখি ] রাজা—নিংথৌন, মধুপর্ক পাণি —মধুপর্ক পাইদুন, তং—মুনিবু,আর্জীহৎ—পুজাতৌখি ।১৭।

মণিপুরী —রামনচিংব মচিল মনাও পুম্নমক্ক বেদ শাস্ত্র পুম্নমক সাঙ্গ ওইন তমখি। অদুগ জয় ওইনবা ( শস্ত্রবিদ্যা ) থাং তা লীরুংনচিংব বিদ্যাদসু নিংথিন তমখি।
তোঙান্ তোঙান্ন বৃত্তী ওইরব মী পুম্নমক্কী পুক্লিংগ চানন লৈখি। ১৬।

ঐষীঃ পুনর্জন্মজয়ায় যত্তং
রূপাদি বোধান্ন্যবৃতচ্চ যস্তে।
তত্ত্বান্যবুদ্ধাঃ প্রতনূনি যেন
ধ্যানং নৃপস্তচ্ছিবমিত্যবাদীৎ ॥১৮॥

অন্বয়ান্নুঃ—ততঃ—অদুগী তুংদ, গাধিসুতঃ — বিশ্বামিত্রন, রক্ষোভিঃ — হিংচাবশিংন, অভ্যাহতকর্ম্মবৃত্তিঃ—যজ্ঞকর্ম্মগী ৱ,ত্তিথুগাইৱবু পরিরক্ষণার্থং — ঙাকননবগীদমক, রামং — রামচন্দ্রবু, বরীতুং — নিরুগে হায়ন নিংঙ্গন, ক্ষিতীন্দ্রং — দশরথগী (মনাক্ত) অভ্যাগাৎ — চৎখি (লাকখি। রাজা — নিংথৌন, মধুপর্কপাণিঃ — মধুপর্ক পাইদ্গন, তং—মুনিবু, আর্জীহৎ — পূজা তৌখি, ॥১৭॥ ত্বং — নহাক্ক, পুনর্জন্মজয়ায় — হয়েংমুক্কী মপোক্ত মুক্তি ফংনব যৎ—অসিগুম্ব সমাধি অসি, ঐষীঃ — নিংলিবনি, তে — নহাক্কী যচ্চ — অদুগুম্ব ধ্যান অদুন, রূপাদিবোধাৎ — রূপনচিংব ইন্দ্রিয় বিষয় পুন্নমক খংবদগী, ন্যব,তৎ — হক্তিনখরে, যেন — অদুগুম্ব ধ্যান অদুন প্রতনূনি — কুপগ্রব, তত্ত্বানি — তত্ত্বখিবিকৃপু, অবুদ্ধাঃ — খংলি, তৎধ্যানং — অদুগুম্ব ধ্যান — অদুন, শিবম্ — মঙ্গল ওইরি, ইতি অসুম্ন নৃপঃ — নিংথৌন অবাদীৎ — হায়খি ॥১৮॥

মণিপুরীঃ—অদুগী তুংদ বিশ্বামিত্র মুনিন হিংচাবশিংন যজ্ঞগী (ৱ,ত্তি) থৌরম পুন্নমক্ থুগাইরিব অদু ঙাক্নবগীদমক রামচন্দ্রবু লৌরুগে হায়ন নিংঙ্গন দশরথগী মনাক্ত চৎখি। অদুগী তুংদ দশরথন যী খোইহী শঙ্গোম অফম্ব অসি খিবিক্ক তিল্লব মধুপর্ক পাইদ্গন মুনিবু পূজা তৌখি ॥১৭॥

আখ্যন্মুনিস্তস্য শিবং সমাধের্বিঘ্ন—
ন্তি রক্ষাংসি বনে ক্রতুংস্তু।
তানি দ্বিষদ্বীর্য্যনিরাকরিষ্ণুস্তু
ণেতু রামঃ সহ লক্ষ্মণেন ॥১৯॥
স শুশ্রুবাংস্তদ্বচনং মুমোহ
রাজাসহিষ্ণুঃ সুতবিপ্রয়োগম্।
অহংযুনাথ ক্ষিতিপঃ শুভংযু-
রূচে বচস্তাপসকুঞ্জরেণ ॥২০॥.

অন্বয়ামুঃ —মুনিঃ— বিশ্বামিত্রন, তস্য — নিংথৌগী, সমাধে — ধ্যানগী শিবং — মঙ্গলবু, আখ্যৎ — হায়খি, বনে — বনদ, রক্ষাংসি — হিংচাবশিংন, ক্রতূন্ — যজ্ঞবু, বিঘ্নন্তি — থুগাইরি, দ্বিষদ্বী-র্য্যনিরাকরিষ্ণুঃ — য়েক্লবগী শক্তি তকৃথোক্তে হায়ন নিংতুন, রামঃ — রামন, লক্ষ্মণেন সহ — লক্ষ্মণগ লোইনন তানি — হিংচাবশিংবু, তৃনেতু — হাৎহললু ॥১৯॥

মণিপুরী—নিংথৌন হায়খি, হে তপোধন! নহাক্ মুক্তি ফংনবগী ওইব অসিগুম্ব ধ্যান্ অসি তোরি, মতুগী মঙালুন বহি ইন্দ্রিগী বিষয়দগী হক্তিলখ্রে, মতুগী শক্তিন থুপপ্রব তত্ত্বখিবিকপু ইলাই লাইন খংলি, অদুগুম্ব ধ্যান অদুতন মঙ্গল ওইরিবনি ॥১৮॥

অসি তারবদ বিশ্বামিত্র মুনিন নিংথৌগী মফমদ হায়খি, হে মহারাজ! সমাধিগী মরমদদি থোইন অকাইব ওইদেদি হায়বৰু হিংচাবশিংন লাক্নুন যজ্ঞগীমরিদ অকাইব ওইরে। মরম অসিন য়েক্লবৰু তাম্থোকপ ভম্ব রাম লক্ষ্মণগ লোইনন মফম অদুদ পুরগ মখোইবু ডাক্লসনু ॥১৯॥

ময়া ত্বমাপ্থাঃ শরণং ভয়েষু, বয়ং
ত্বয়াপ্যাপ্স্মহি ধর্ম্মবৃদ্ধ্যৈ ।
ক্ষাত্রং দ্বিজত্বঞ্চ পরস্পরার্থং
শঙ্কাংকৃথা মা প্রহিণু স্বসূনুম্ ॥২১॥

অন্বায়হ্নঃ সুতবিপ্রয়োগম্ – মচাগী অবাবনু, অসহিষ্ণুঃ – খাংব ঙমদ্রব স রাজা–নিংথৌ অদুন, তদ্বচনং – মাগী বা, শুশ্রুবান্ – তারগ মুমোহ – ঙকখি, অথ – অদুগী তুংদ, অহংযুনা – নাপল তৌন তাপসকুঞ্জরেণ – তপস্বিগী অথোইব ওইরব মুনিন, সুভংযুঃ – নিংজরব, ক্ষিতিপঃ – নিংথৌদ, বচউচেঃ – বাহৈ কয়ামুক হায়খি ॥২০॥

( হে মহারাজ ! ) ভয়েষু – অকিবখিবিক্কগী, ধর্ম্মবৃদ্ধৈ – ধর্ম্ম চাওখৎনব, ময়া – ঐন. ত্বংশরণং – নহাক্কু ঙাকপিবনু, আপ্থাঃ – ফংলি, ত্বয়া অপি – নহাকসু, বয়ং – ঋষি ঐখোইন ধর্ম্মবৃদ্ধ্যৈ – ধর্ম্ম চাওখৎনবগীদমক. শরণং – ঙাক্কদবনু, আপস্মহি—ফংখি, ক্ষাত্রং – ক্ষত্রিগী শক্তিন, দ্বিজত্বংচ – ব্রাহ্মণগী তেজনসু পরস্পরার্থম্ — মহৈ মহৈ কান্নব ( তৌগদবনি ) শঙ্কাং – চিংনবনু, মা কৃথাঃ—তৌরোইদবনি, স্বসূনুং – নহাক্কী নচা ( রামবু ) প্রহিনু – থাও [ চৎহল্লু ] ॥২১॥

মনিপুরীঃ – মুনিগী বা অসি তারগ দশরথন মুর্চ্ছা ওইখি । অদুগী তুংদ তস্বিশিংগী মরক্কগী অথোইব বিশ্বামিত্রন নাপলগ লোইননা নিংথিজরব খিবিক্ক তিল্লব নিংথৌদ হায়খি ।২০।

হে মহারাজ ! অকিবদগী ধর্ম্মকন্নবগীদমক [ হায়বদি চাওখৎনবগীদমক ] ঐন নঙোন্দ চংজরি, অদুগ নহাকনসু ক্ষত্রিগী ধর্ম্ম চাওখৎনবগীদমক ঐখোইদ চংজখি । মরম অসিন ক্ষত্রিগী শক্তিন ব্রাহ্মণগী তেজনসু মহৈ মহৈ অমগ অমগ মতেং পাংনদুনা কান্নব লৌনগদবনি, চিংনগনু নহাক্কী নচা রাম অসি চৎহল্লু ॥২১॥

ঘানিষ্যতে তেন মহান্বিপক্ষঃ

স্থায়িষ্যতে যেন রণে পুরস্তাৎ।

মা মাং মহাত্মন্! পরিভূরযোগ্যে

ন মদ্বিধো ন্যস্যতি ভারমগ্র্যম্ ॥২২॥

ক্রুধ্যন্ কুলং ধক্ষ্যতি বিপ্রবহ্নির্যাস্যন্

সুতস্তপ্স্যতি মাং সমন্যুম্।

ইত্থং নৃপঃ পূর্ব্বমবালুলোচে,

ততোঽনুজজ্ঞে গমনং সুতস্য ॥২৩॥

অন্বয়ান্নু ঃ—যেন—রামন, রনে—লানগী, পুরস্তাৎ—মমাংদ স্থায়িষ্যতে লৈরগনি, তেন—রামন মহান্ বিপক্ষঃ—অকনব য়েক্লববু, ঘানিষ্যতে—হাৎলরগনি, মাং মা পরিভূঃ—ঐবু থওইদব তৌগনু, মদ্বিধঃ—ঐগুম্বন, অযোগ্যে—মতিক চাদব অরান্ব ঙমলোইদব থবক, ন ন্যস্যতি—শিন্নরোই (পুহল্লোই) ॥২২॥

বিপ্রবহ্নিঃ ক্রুধ্যন্—ব্রাহ্মণগী অশাওব মৈন, কুলং—শাগৈবু ধক্ষ্যতি—অচাকপ, যাস্যন্—ওইরগনি, সুতঃ—ইচাগী সমন্যুম্ —অবাবন, মাং তপ্স্যতি—ঐঙোন্দ চাক্লরগনি, ইত্থং অসুম্ন নৃপঃ—নিংথৌন, পূর্ব্বম্—অহানবদ, আলুলোচে—খনখি, ততঃ—অদুগী তুংদ, সুতস্য—মচাগী, গমনং—চৎননব, অনুজজ্ঞে—য়াথং পীখি ।২৩।

মণিপুরী—হে মহারাজ! রামন লানফমদ য়েকনবগী মমাংদ লৈহুন অকনব য়েকনব পুম্নমক হাৎকদবনি। হে মহাত্মন্! ঐবু থওইদব তৌগনু মরমদি ঐনবু রামগী মতিক চাদব থবক, ঙমলোইদোব মফমদ কৈদৌঙৈদসু তৌহল্লোই ।২২।

আশীৰ্ভিরভ্যৰ্চ্য মুনিঃ ক্ষিতীন্দ্ৰং
প্ৰীতঃ প্ৰতস্থে মুনিরাশ্ৰমায়।
পৃষ্ঠতঃ প্ৰষ্ঠমিয়ায় নম্ৰো
হিংস্ৰেষুদীপ্তাপ্তধনুঃ কুমারঃ ॥২৪॥
প্ৰয়াস্যতঃ পুন্যবনায় জিষ্ণোঃ
রামস্য রোচিষ্ণুমুখস্য ধৃষ্ণুঃ।

অন্বয়ানুঃ—মুনিঃ—মুনিন, প্ৰীতঃ — পেল্লদুন, আশীৰ্ভিঃ — আশীৰ্ব্বাদ মন্ত্ৰন, ক্ষিতীন্দ্ৰং—নিংথৌবু, অভ্যৰ্চ্য---পেলহল্লগ, আশ্ৰমায় প্ৰতস্থে—আশ্ৰম লোমদ চৎখ্ৰে, নম্ৰঃ—নোল্লুক্ক, হিংস্ৰেষুদী-প্তাপ্তধনুঃ কুমাবঃ—রামন হিংসা তৌব খিবিকপু মাংহলব ঙম্নব খুৎলাই পায়দুন, প্ৰষ্ঠং—মাংথারদুন, তং—বিশ্বামিত্ৰন পৃষ্ঠতঃ—তুংথংলদুন, ইয়ায়—চৎখি, ॥২৪॥

মণিপুরী —মুনিগী ৱা অসি তাবগ নিংথৌন ৱাখল তৌখি হন্দক্ ঐন রাম অসি চৎহন্দ্ৰবদি ব্ৰাহ্মণগী অশাওব মৈন ঐগী শাগৈ অসি সোইদন উৎ ওইরগনি, অদুগ রাম লক্ষ্মন অনিন চৎখ্ৰগন মখোয় কাইনবগী অৱাব মৈন ঐঙোন্দা চুরগনি, অদুনদি ঐন ৱাহেবন অরাইবনি হায়ন খল্লদুন রামবু যজ্ঞ ঙাকপ চৎননবগী য়াথং পীখি ॥২৩॥

নিংথৌগী ৱাঙাং তাবদ মুনিন পেল্লদুন আশীৰ্ব্বাদ মন্ত্ৰন নিংথৌবু পেলহল্লগ আশ্ৰম লোমদ চৎখি, মতম অদুদ হিংসা তৌব জীববু মাংহলব ঙম্নব অথৌব খুৎলাই পাইব নোল্লুকপ রাম লক্ষ্মন অনিন মাং থারদুন বিশ্বামিত্ৰন তুংথংলদুন চৎখি।২৪।

ত্রৈমাতুরঃ কৃৎস্নজিতাস্ত্রশস্ত্রঃ
সধ্যঙ্ রতঃ শ্রেয়সি লক্ষ্মণোঽভূৎ ॥২৫॥
ইষুমতিরঘুসিংহে দন্দশূকাঞ্জিঘাংসৌ
ধনুররিভিরসহ্যং মুষ্টিপীড়ং দধানে।
ব্রজতি পুরতরুণ্যো
বদ্ধচিত্রাঙ্গুলিত্রে
কথমপি গুরুশোকাম্মাক্রুদন্মাঙ্গলিক্যঃ ॥২৬॥

অন্বয়ানুঃ—ধৃষ্ণুঃ—খাংব কল্লব, কৃৎস্নজিতাস্ত্রশস্ত্রঃ—অয়াম্ব খুৎগু খুৎলাই পুম্নমক হৈরবা, শ্রেয়সি—মঙ্গলবু, রতঃ—পামলব, ত্রৈমাতুরঃ মমা অহুমগী মচা, লক্ষ্মণঃ—লক্ষ্মণন, পুণ্য বনায়—পুণ্যগী মশক ওইব বন্দ, প্রয়াস্যতঃ—চৎখি, জিষ্ণোঃ—জয় ওইবগী, রোচিষ্ণুমুখস্যঃ—মাইথোংন ঙাল্লব, রামস্য—রামগী, সধ্যঙ্ লোইনব, অভূৎ---ওইখি ।২৫।

দণ্ডশূকান্—হিংসা তৌবশিংবু, জিঘাংসৌ—হাৎকে হায়ন নিংদুন, ইষুমতি—অথোইব খুৎলাইন, অরিভিঃ—য়েক্লবশিংন অসহ্যং—খাংবঙমদ্রব ধনুঃ—লৌরুংবু, মুষ্টিপিড়ং—খুদুমচেৎন দধানে—পাইদুন, বদ্ধচিত্রাঙ্গুলিত্রে—য়েকখোৎলব অঙ্গুলিত্রানন নিংথিজরব, রঘুসিংহে—রামন, ব্রজতি—চৎলি, গুরু শোকাঃ---য়াম্ব বারব, পুরতরুন্যঃ—কোনুংগী তরুনীশিংন, মাঙ্গলিক্যঃ—মঙ্গলগীদমক কথমপি—করিমত্তসু, মাক্রুদন্—কপখিদে ।।২৬।।

মণিপুরী—খাংবকল্লব ক্ষত্রিগী বিদ্যা পুম্নমক হৈরব মঙ্গল পাম্লব মমা অহুমগী মচা লক্ষ্মণন বন্দা চৎখি, অমসুং জয় ওইবগী মাইথোংন মকালাম্লব ময়াম্ব রামগী লোইনব ওইদুন চৎখি ।২৫।

অথ জগদুরনীচৈরাশিষস্তস্য বিপ্রা
স্তুমুলকলনিনাদং তূর্য্যমাজঘ্নুরন্যে।
অভিমত ফলশংসী চারুপুষ্পোরবাহু-
স্তরুষু চুকুবুরুচ্চৈঃ পক্ষিণশ্চানুকূলাঃ ॥২৭॥

অন্বয়ানুঃ—অথ—অদুগী তুংদ, বিপ্রাঃ—ব্রাহ্মণশিংন তস্য — রামগী, আশিষঃ—আশীর্ব্বাদন, অনিচৈ—খোঞ্জেল ঋাংন, জগদু—হায়খি, অন্যে—অতোপ্পা বাদকশিংনা. তুমুলকলনিনাদং—নিংথিজবা খোঙ্গোক্তা. তূর্য্যং আজঘ্নুঃ—পুং য়েখি, অভিমতফলশংসী—মঙ্গল ওইবগী খুদম, বাহুঃ—পাম্বোমদ, চারু—নিংথিজনা, পুষ্পোর—চোংখি, তরুষু—উশিংগী মথক্ত, পক্ষিণশ্চঃ—উচেকশিংনসু, অনুকূলাঃ—রামগী মগুণ, উচ্চৈঃ—খোঞ্জেলবাংন, চুকুবুঃ—খোংখি ॥২৭॥

মণিপুরীঃ—হিংচাবশিংবু হাৎকে হায়ন নিংডুন খুৎশু খুৎলাই পাম্বুরদুন নিংথিজন য়েক্লব অঙ্গুলিত্রানন লৈতেংলব রাম্বন য়েক্নবন খাংঙমদব লীরুং খুডুম চেৎন পাইরদুন তপোবন লোমদ মাই ওন্দুন চৎখি, মতম অদুদ রাম কাইনবগী ঋারবী পুরতরুনীশিংন রামগী মঙ্গল ওইনবগীদমক অবাব কয়ামুক খাংদুন কপ্পা তৌদন লেপ্তুন লৈহৌই।২৬।

অদুগী তুংদা ব্রাহ্মণশিংন খোঞ্জেল ঋাংন রামবু আশীর্ব্বাদ তৌখি অদুগ পুং য়েবশিংন তাবদ নুংঙাইরব খোঙ্গোক্ত মঙ্গলগীদমক য়েখি, রামগী থবক্ত মঙ্গল ওইরগনি হায়দুন য়েৎথংব পাম্বোমদ ফ্রং ফ্রং চোংদুন মঙ্গলগী খুদম পীরি তৌইগুম্বসুং অবাংব উশাদ তোংলিব উচেকশিংন অবাংব সুরদা রামগী মগুণ শকখি ॥২৭॥

মতাং অসিদা ভট্টিকাব্যগী অহানব সর্গ লোইরে।

## দ্বিতীয়ঃ সর্গঃ।

বনস্পতীনাং সরসাং নদীনাং
তেজস্বিনাং কান্তিভৃতাং দিশাঞ্চ।
নির্য্যায় তস্যাঃ স পুরঃ সমন্তাৎ
শ্রিয়ং দধানাং শরদং দদর্শ ॥১॥

তরঙ্গসঙ্গাচ্চপলৈঃ পলাশৈ
র্জ্বালাশ্রিয়ং সতিশয়াং দধন্তি।
সধূমদীপ্তাগ্নিরুচীনি রেজু—
স্তাম্রোৎপলান্যাকুলষট্‌পদানি ॥২॥

অন্বয়াস্থঃ—সঃ—রামন, তস্যাঃ—মথক্ক হাইশ্রব, পুরঃ—কোনুংদগী, নির্য্যায়—খোরক্লগ, সমন্তাৎ—মাইকৈ মরিমক্ক লৈরিব, বনস্পতীনাং—উ ময়ামগী, সরসাং—পুখ্রীশিংগী, নদীনাং—তুরেনশিংগী, তেজস্বিনাং—থা থবামিচাকশিংগী, কান্তি-ভৃতাং—(নিংথিরব) মঙাল পুরিবশিংগী, দিশাংচ—মাইকৈ-শিংগীসু, শ্রিয়ং—ফজববু, দধানাং—পুরিবশিংগী, শরদং—শরৎকী নিংথিজববু, দদর্শ—উখি ॥১॥

তরঙ্গসঙ্গাৎ---ইথক্ক তিন্নরুবদগী, চপলৈঃ—তয়াং তয়াংলব, পলাশৈঃ—মনাখিবিক্ল, সাতিশয়াং—খোইদোকপগ লোইনন, জ্বালাশ্রিয়ং—অচাকপ মৈন ফজব মতোবু, দধন্তি—পুরি, আকুলষট্‌পদানি—বারব খোইমুশিংন, সধূমদীপ্তাগ্নিরুচীনি-মৈখুগ লোইনন চাকলিব মৈন নিংথিজরব, তাম্রোৎপলানি—অঙাংব থম্বালশিংন, রেজু—নিংথিজখি ॥২॥

বিম্বাগতৈস্তীরবনৈঃ সমৃদ্ধিং
নিজাং বিলোক্যাপহৃতাং পয়োভিঃ
কূলানি সামর্ষতয়েব তেনুঃ
সরোজলক্ষ্মীং স্থলপদ্মহাসৈঃ ॥৩॥

অন্বয়ান্তঃ—কূলানি—( পুখ্রী ভুরেনশিংগী ) খোংবানশিংন, নিজাং—মশাগী, সমৃদ্ধিং—ফজব পুন্নমক্, পয়োভিঃ—ঈশিং পুন্নমক্ত, বিম্বাগতৈঃ—মমি তান্নিবশিং অদু, তীরবনৈঃ—মপান্দ হৌব উশিংন, অপহৃতাং—(ঈশিংন) হুপ্রিব অদু, বিলোক্য—উরগ. সামর্ষতয়া ইব—অশাওবগ লোইনন, স্থলপদ্মহাসৈঃ—লৈকং থম্বালশিংন নোক্লিব অদুন, সরোজলক্ষ্মীং—থম্বালগী মতৌগুম ফজববু, তেনুঃ—ফোংদোকখি ॥৩॥

---

মণিপুরী—রামন অযোধ্যা কোন্নুংদগী চৎথোরকপদ মাইকৈ মরিদ লৈরিব উ ময়াম পুখ্রীময়াম ভুরেলনচিংব, অদুগ থা থম্বামিচাক্লচিংব পুন্নমকশিং অসিন, নিংথিরব মঙাল খিবিক্ক লোইনন ঙাল্লি। অদুগ শরৎ ঋতুগী নিংথিজব পুন্নমক্ক লৈতেং ওইরব মাইকৈশিংগী ফজব পুন্নমক উখি ॥১॥

ইথক্ক য়েবদ খাংব ঙমদ্রদুন থম্বাল মনাশিংন তনিক তনিক্ক হাইরি, ( অদুগী মরক্ক শাংকাইরব থম্বালশিংন খাংঙমদে ) য়েংবদ অচাকপ মৈরিগুম ফজরি। অদুগুম্বী থম্বাল অদুদ তোঙ্গে নিংদুন পাইরক্লিব খোইমুশিংন নিংব কাইরদুন কোইপাই পাইরি। তৌইগুম্বসুং অঙাংব থম্বালগী মরক্ক অমুব খোইমুন পাইবদ, মৈথুগ লোইনন চাকলিব মৈরীন ফজবগুম অঙাংব থম্বালশিংন নিংথিজরি ॥২॥

পুখ্রী অমসুং ভুরেনগী খোংবানশিংন মশাগী ফজব পুন্নমক ঈশিংদ মমি নিংথিন তারি। অদু উরগ বনগী উনচিংব পুন্নমক্ক থনখি, ( ঐখোইগী ফজব পুন্নমক ঈশিংন লোইন ) হুপ্রে হায়ন লৈকংথম্বালন

নিশাতুষারৈর্নয়নাম্বুকল্পৈঃ
পত্রান্তপর্য্যাগলদচ্ছবিন্দুঃ।
উপারুরোদেব নদৎপতঙ্গঃ
কুমুদ্বতীং তীরতরুর্দিনাদৌ ॥৪॥
বনানি তোয়ানি চ নেত্রকল্পৈঃ
পুষ্পৈঃ সরোজৈশ্চ নিলীনভৃঙ্গৈঃ।
পরস্পরাং বিস্ময়বন্তি লক্ষ্মী-
মালোকয়াঞ্চক্রুরিবাদরেণ ॥৫॥

অন্বয়াম্নুঃ—দিনাদৌ—অয়ুক্ত, নয়নাম্বুকল্পৈঃ—মিৎকী পীগী মপৈগুম্লব, নিশাতুষারৈঃ—অহিংগী উনশিংন, পত্রান্তপর্য্যাগলদচ্ছবিন্দুঃ—উনা মতোন্দগী নাম্বরক্তুন ঈশিং মতুম মতুম্ম তারি, মদৎপতঙ্গঃ—উচেক-শিংন খোংলি, তীর তরুঃ—মপান্দ হৌব উশিংন, কুমুদ্বতীং—থরো-গীদমক, উপারুরোদ ইব—কপ্পগুম্লি ॥৪॥

বনানি—বনশিংন, তোয়ানি চ—ঈশিংনসু, নিলীনভৃঙ্গৈঃ—খোই-মুশিংন, নেত্রকল্পৈঃ—মিৎক মান্নরব, পুষ্পৈঃ—লৈ ময়াম্ন, সরোজৈশ্চ—থম্বালশিংনসু, পরস্পরাং—মহৈ মহৈ, লক্ষ্মীং—ফজববু, বিস্ময়বন্তি—ঙকৃহল্লি, আদরেণ—কুমৈগুম্ন, মালোকয়াঞ্চক্রুরিব—উখি ॥৫॥

মণিপুরীঃ— অশাওবগ লোইনন মকা ফম্ন নোক্ল নোক্ল শাৎলিব অতুন ঈশিংথম্বালগী মতৌগুম্ন ফজব ফোংদোকলি ।।৩।।

নোংঙাল্লক্লবদ অহিংগী উনখিবিক্ল (নুমিৎকী মঙাল ফংবদ) লুরব ঈশিংন উনা মথক্তগী শিম্বরকতুন মতুম মতুম্ন পীগুম তাম্নি। উচেকশিংন (অহিংগী অমম্ব কোক্লে হায়দুন হরাওন) উথক্ত খোংলি। অতুগ পুঙ্রী অমসুং তুরেনশিংগী মপান্দ হৌব উ ময়াম্ন থরোগী (মবুংঙো থাগ কাইনবগী অবাব অসি খল্লুরগ) খোঞ্জেল বাংন কপ্প ওইরি ॥৪॥

প্রভাতবাতাহতিকম্পিতাকৃতিঃ
কুমুদ্বতীরেণুপিশঙ্গবিগ্রহম্ ।
নিরাস ভৃঙ্গং কুপিতেব পদ্মিনী
ন মানিনী সংসহতেঽন্যসঙ্গমম্ ॥৬॥

দত্তাবধানং মধুলেহিগীতৌ
প্রশান্তচেষ্টং হরিণং জিঘাংসুঃ ।
আকর্ণয়ন্নুৎসুকহংসনাদান্
লক্ষ্যে সমাধিংনদধে মৃগাবিৎ ॥৭॥

অন্বায়ন্থঃ—প্রভাতবাতাহতি—অয়ুকী নুংশিৎন য়েবদ, কম্পিতাকৃতিঃ—তনিক তনিক্লব, পদ্মিনী—থম্বালন, কুপিতেব—শাওবগুম, কুমুদ্বতীবেণুপিশঙ্গবিগ্রহং—থরোগ সঙ্গ ওইক্লবদগী লৈরিক পক্লব মূর্ত্তিন ওইব, ভৃঙ্গং—খোইমুন, নিরাস—নিংব কাইখি, মানিনী—মানবতী ওইবী নুপীন, অন্যসঙ্গমম্—(মাগী মবুংঙোন) অন্যসঙ্গম্ ওইক্লরবদ, ন সংসহতে—থাংব ঙমদে ॥৬।

মধুলেহগীতৌ—খোইমুন ঙংবগী মখোল্ল, দত্তাবধানং—পুক্লিং চিংশিনগ্রদুন, প্রশান্তচেষ্টং—চেনগে নিংদ্রব, হরিণং—শজিবু, জিঘাংসু—হাৎকে নিংলিব, মৃগাবিৎ—শাদানব অদুন, উৎসুকহংসনাদান্—শান্নব পামলিব কাংঙন খোংব অদু, আকর্ণয়ন্—তারগ, লক্ষ্যে—[সন্ধান্ থারিব] শজিদ, সমাধিং—পুক্লিংচংব, ন দধে—ঙমখিদে ॥৭॥

---

মণিপুরী—বনশিংগন ঈশিং ময়াম্ন খোইমুশিংগন মিংকী মতৌগুম্ন ফজরব লৈ ময়াম্ন, থম্বালশিংনসু মহৈ মহৈ ফজব কয়ামুক ফোংদোক্লদুন কুমৈগুম উহল্লগ ঙকহলখি ॥৫॥

গিরের্নিতম্বে মরুতা বিভিন্নং
তোয়াবশেষেণ হিমাভমভ্রম্।
সরিন্মুখাভ্যুচ্চয়মাদধানং
শৈলাধিপস্যানুচকার লক্ষ্মীম্ ॥৮॥

অন্বয়ানুঃ—গিরেঃ—চীংগী, নিতম্বে—মখ্যাংদ, (চীংখাংদ,) মরুতা—নুংশিৎন, বিভিন্নং—শন্দোকখিবদগী, তোয়াবশেষেণ—লেমহৌব ঈশিং অদুন, হিমাভং—উন ওইদুন, সরিন্মুখা—তুরেন্দ চেম্থরকতুন, অভ্যুচ্চয়ম্—ঈচেন হেনগৎপবু, আদধানং—তৌরিব, অভ্রং—নোংন, শৈলাধিপস্য—হিমালয়গী, লক্ষ্মীং—ফজববু, অনুচ্চকার—তৌখি ]।৮।।

মণিপুরী — অয়ুক্কী নুংশিংন য়ৈবদ থম্বালন হায়র হায়রদুন অশাওবগুম খাংলিব অদুন খোইমুবু তাম্বোক্লি। [নংদি অহিংচুপ্প] থরোগ সঙ্গ ওইরুবগী মূর্ত্তিন [নশাদ লৈতেংলি হায়দুন তোইন তোইন হাইরি] তৌইগুম্বসুং মতম অদুদ থরোগী লৈরিক্ল লৈতেংলব খোইমুন নিংব কাইখি। শাওগনবী নুপীন [মাগী মবুংঙো অদুন] অতোপ্প নুপী অমদ সঙ্গম ওইরুরবদ খাংঙমদে। [হায়বদি য়েংদুন লৈব ঙমদদুন মান কয়া কয়া তৌনরি ॥৬॥

খোইমুন ঙংবগী মখোন্ন পুক্লিং হুপ্রদুন চেনগে খন্দ্রব শজিবু, হাৎকে নিংলিব শাদানব নিপা অদুন তেঙ্গা থোংদুন লৈরিঙৈদ, ঈশিংদ শান্নরিব কাংঙশিংগী মখোল তারগ পুক্লিং হুপ্রদুন শজিদ পুক্লিং লেপ্প ঙমখিদে [হায়বদি শজিবু কাওথোকখি ॥৭॥

চীংগী ময়াইদ [চীংখাংদ] নুংশিংন হুমদুন তোঙান তোঙান্ন শন্দোক্লব, নোংশিং অদুদগী লেমহৌব ঈশিং অদুন উন ওইরগ অমুকসু ঈশিং ওন্দুন তুরেন্দ চেম্থরক্লগ ঈশিংগী ঈচেন হেনগৎহল্লি। অসিগুম্ব নোংগী [মপৈন] হিমালরগী ফজব হেনগৎখি ॥৮॥

গর্জন্ হরিঃ সাম্ভসি শৈলকুঞ্জে
প্রতিধ্বনীনাত্মকৃতান্নিশম্য ।
ক্রমং ববন্ধ ক্রমিতুং সকোপঃ
প্রতর্কয়ন্নন্যমৃগেন্দ্রনাদান্ ॥৯॥
অদৃক্ষতাম্ভাংসি নবোৎপলানি
রুতানি চাশ্রোষত ষট্পদানাম্ ।
অঘ্রায়ি বান্ গন্ধবহঃ সুগন্ধ-
স্তেনারবিন্দব্যতিষঙ্গবাংশ্চ ॥১০॥

অন্বয়ানুঃ— হরিঃ—নোংশান, সাম্ভসি—ঈশিংগ লোইনরব, শৈল-কুঞ্জে—চীংগী লোক্, গর্জন্—ঙংখি, আত্মকৃতান্—মশান ঙংজব খোঞ্জেনগী, প্রতিধ্বনীন্—খোস্থাং অদুবু, নিশম্য—তারগ, অন্যমৃ-গেন্দ্রনাদান্—অতোপ্প নোংশাশিংন ঙংব ওইন, প্রতর্কয়ন্—নিংলদুন, সকোপঃ [সন্]—অশাওবগ লোইনন, ক্রমিতুং-চোংশিনগদৌবগী, ক্রমং-খোং থাংনবগী থৌরাং, ববন্ধ-তৌখি ॥৯॥

তেন- রামন, নবোৎপলানি- অনৌব থম্বালগ লোইনরব, অম্ভাংসি-ঈশিং খিবিকপু, অদৃক্ষত-উখি, ষট্পদানাং-খোইমু-শিংন, রুতানি-ঙাংববু, অশ্রোষত-তাখি, বান্-তপ্প শিৎলিব, অরবিন্দব্যতিষঙ্গবান্-থম্বালগ সম্পর্ক ওইব, সুগন্ধঃ-নুংশিরব মনমবু, গন্ধবহঃ-নুংশিৎন (হুম্মক্লুন) অঘ্রায়ি-মনম লৌখি ॥১০॥

---

মণিপুরী—নোংশান চীংগী শুরুব লোক্তুংদ ঙংখি । মতম অদুদ মশান ঙংখিব অদুগী খোপ্পাং অদু তারগ, অতোপ্প নোংশান ঙংলিবনি নিংদুন অশাওবগ লোইনন চোংশিনগদৌবগী থৌরাং তৌখি ॥৯॥

লতানুপাতং কুসুমান্যগৃহ্নাৎ
স নদ্যবস্কন্দমুপাস্পৃশচ্চ।
কুতূহলাচ্চারুশিলোপবেশং
কাকুৎস্থ ঈষৎস্ময়মান আস্তে ॥১১॥
তিগ্মাংশুরশ্মিচ্ছুরিতান্যদূরাৎ
প্রাঞ্চি প্রভাতে সলিলান্যপশ্যৎ।
গভস্তিধারাভিরিব দ্রুতানি
তেজাংসি ভানোর্ভুবি সংভৃতানি ॥১২॥

অন্বয়ানুবাদঃ—সঃ—মথক্ত হায়রিব, কাকুৎস্থঃ—রামন, কুতূহলাৎ—হয়াওবদগী, ঈষৎ স্ময়মানঃ—মোমোন তৌরদুন, লতানুপাতং—উরী থেংনরগ, কুসুমানি—লৈশিংবু, অগৃহ্নাৎ—হেকখি, নদ্যবস্কন্দম্—তুরেন পুন্নমক্ত কুমথদুন, উপাস্পৃশৎ—আচমন্ তৌখি, চারুশিলোপ বেশং—নিংথিজরব নুং মথক্ত ফমদুন, আস্তচ—লৈখি ॥১১॥

প্রভাতে—অয়ুক্ত, অদূরাৎ—নাপ্তন, প্রাঞ্চি—নোংপোক থংব মাই-গৈদ, তিগ্মাংশুরশ্মিচ্ছুরিতানি—নুমিৎকী মঙাল মচু শংলব, সলিলানি—ঈশিং ময়াম, গভস্তিধারাভিঃ—মহৌশান ওইরক্লব মঙালশিংন, দ্রুতানি—দ্রবীভূত ওইদুন, ভুবি—পৃথীদ, সংভৃতানি—পৈশিল্লব, ভানোঃ—নুমিৎকী, তেজাংসি ইব—মঙালগুম্ন, অপশ্যৎ—উখি ॥১২॥

---

মণিপুরী—রামন মকাফম্ন শাৎলিব থম্বালগ লোইনরব ঈশিং পুন্নমক উখি। অদুগ খোইমুশিংন ঙংবনু তাখি। থম্বালগী নুংশিরব মনমবু নুংশিংন তপ্ন তপ্ন হুম্নকুন পুররিব অদু তাখি। [মনম্ নমখি] ।১০।

দিগ্ব্যাপিনীর্লোচনলোভনীয়া
মৃজান্বয়াঃ স্নেহমিব প্রবর্ত্তীঃ।
ঋজ্বায়তাঃ শস্যবিশেষপঙ্ক্তী
স্তুতোষ পশ্যন্বিতৃণান্তরালাঃ ॥১৩॥

অন্বয়ানুবাদ :— [ সঃ—রামন ] দিগ্ব্যাপিনীঃ — মাইগৈশিন থুংলব, লোচনলোভ নীয়াঃ—মিৎন পাম্নব [ য়েংনিংলব ] মৃজান্বয়াঃ—শেংদোকপগ লোইনন. স্নেহং—লংন, প্রবর্ত্তীইব—চৎখিবগুম্নি [ অত্রোৎপ্রেক্ষালঙ্কার ] ঋজ্বায়তাঃ—সরল অমসুং দীর্ঘ ওইন, বিতৃণান্তরালাঃ—মরক্ত নাপী য়াওদন শস্যবিশেষপঙ্ক্তীঃ—চীংগুউ পাম্বিনচিংব মহৈ মরোংশিংগী পরেংবু, পশ্যন্—উরগ, তুতোষ—পেনখি ॥১৩॥

---

মণিপুরী— মথক্ত হায়রিব ঋতু পুম্নমক্তী ফজব উরগ রামচন্দ্রন পুক্নিং হরাওন মোমোন মোমোন নোক্লদুন মপান ফজন শাৎলিব উরীশিংগী মনাক্ত চংশিন্দুন লৈ হেকখি। তুরেন পুম্নমক্ত কুমথদুন আচমন তৌই, অদুগ ফজরব নুংপাক মথক্তসু ফমখি ॥১১॥

রামন অয়ুক্ত অনকপ নোংপোক মাইকৈদ মুমিৎকী মঙাম্নি মচু শংলব ঈশিংগী ঈপাক ময়াম উখি। ( মদু উবদ থংখি ) মহৌ-শান ওইরক্লব মুমিৎকী লংলব মঙালন সিম্বরক্তুন [ নাম্বরক্তুন ] পৃথ্বীদ পৈশিন্দুন লৈরিব পুম্নমক উখি ॥১২॥

রামন, মাইকৈ পুম্নমক্ত শিনব, থুংন হৌরিব, হৈ লৈশিংগী পরেং, অমসুং চীংগু উ পাম্বীশিং, অদুগী মরক্ত য়েংশিনবদ ( কনাগুম্বন শেং-দোক্তুন থম্নবগুম ) ইরং লংন চৎখিবগুম্ন উরি। পরেং চুমন লৈরিব [ হৌরিব ] চীংগু উ পাম্বী, হৈ-লৈশিংগী মরক্ত নাপী য়াওদন তরং তরংন হৌরিবশিং অদু উরগ মিৎকী য়েংনিংব অমসুং পুক্নিংগী অপেনব ওইখি ॥১৩॥

বিয়োগদুঃখানুভবানভিজ্ঞৈঃ
কালে নৃপাংশং বিহিতংদদদ্ভিঃ ।
আহার্য্যশোভারহিতৈরমায়ৈ
রৈক্ষিষ্ট পুংভিঃ প্রচিতান্স গোষ্ঠান্ ॥১৪॥

স্ত্রীভূষণং চেষ্টিতমপ্রগল্ভং
চারূণ্য বক্রাণ্যপি বীক্ষিতানি ।
ঋজূংশ্চ বিশ্বাসকৃতঃ স্বভাবান্
গোপাঙ্গনানাং মুমুদে বিলোক্য ॥১৫॥

অন্বয়ার্থঃ —সঃ – রামন, বিয়োগদুঃখানুভবানভিজ্ঞৈঃ – কাইনবগী অবাবদ অনুভব লৈত্রবশিংন, বিহিতং – বেদ শাস্ত্রদ হায়রিব, নৃপাংশং – নিংথৌগী খাজনাবু, কালে – মতমচান, দদদ্ভিঃ--পীরিবশিংন, আহার্য্যশোভারহিতৈঃ –খুৎশেমগী ফজব কুণ্ডলনচিংব খিবিক্ক লৈতেংদ্রবশিংন, অমায়ৈঃ— মায়া যাওদ্রব, পুম্ভিঃ – ষণ্শেনব মীশিংন প্রচিতান্ – শিন্ থুংন লৈরিব গোষ্টানি – ষণ্শেনবুং পুম্নমক, ঐক্ষিষ্ট – য়েংখি ॥১৪॥

( সঃ – রামন ) গোপাঙ্গনানাং – গোপ নুপীশিংগী, স্ত্রীভূষণং – নুপীগী লৈতেংগী মশক ওইব, অপ্রগল্ভং – ইকাইথিব, চেষ্টিতং – থোরমন অবক্রানি অপি – অখোইব য়াওদবনসু, চারূনি – নিংথিরবীশিংবু বীক্ষিতানি – উরগ, বিশ্বাস কৃতঃ – থাজখি, ঋজূন্ – চুম্নব, স্বভাবাংশ্চ পুকচেন বুসু, বিলোক্য – উরগ, মুমুদে – নুংঙাইখি ।১৫।

---

মণিপুরী — মত্ম মচা কাইনবগী অবাবদ অনুভব লৈত্রবশিংন, ধর্ম্ম শাস্ত্রদ হায়রিব নিংথৌগী খাজনাবু মতম চান চান পীরি । মখোইসিং অদুদি খুৎশেমগী ফজব সনান শাব কুণ্ডলনচিংব খিবিক্কসু লৈতেংদ্রব ষণশেনবশিংন কোইশিন্দুন লৈরিব ষণজাবুং কয়াসু রামন উখি ।১৪।

বিবৃত্তপার্শ্বং রুচিরাঙ্গহারং
সমুদ্বহচ্চারুনিতম্বরম্যাম্ ।
আমন্দ্রমন্থধ্বনিদত্ততালং
গোপাঙ্গনানৃত্যমনন্দয়ৎতম্ ॥১৬॥
বিচিত্রমুচ্চৈঃ প্লবমানমারাৎ
কুতূহলং ত্রস্নু ততান তস্য ।
মেঘাত্যয়োপাত্তবনোপশোভং
কদম্বকং বাতমজং মৃগাণাম্ ॥১৭॥

অন্বয়ানুবাদঃ— বিবৃত্তপার্শ্বং—নাকয়েৎ অনিদ খোইন চৎপন, রুচি-রাঙ্গহারং—নিংথিজরব হকচাংদ মণি মুক্তাশিংন লৈতেংলবী, সমুদ্ব-হচ্চারুনিতম্বরম্যং—চৎপদ খ্বাংগী ফজব ওইরিবী, আমন্দ্রমন্থধ্বনিদত্ত-তালম্—মন্থন দণ্ড অদুন নৈবদগী খর লুম্ন থোরক্লিব মখোল্ল তাল থারদুন, গোপাঙ্গনানৃত্যং—গোপীশিংগী জগোইন, তং—রামবু, অনন্দ য়ৎ—নুংঙাইহন্‌খি ॥১৬॥

বিচিত্রং—য়েকখোৎলব, আরাৎ — লাপলিডৈদগী, উচ্চৈ কল্ল, — প্লবমানং—চেল্লব, ত্রস্নু—কিগল্লব, মেঘাত্যয়োপাত্তবনোপশোভং — শরৎ লাক্লবদ বন পুম্নমক্কী নিংথিজব ফংবগুম্ন, বাতমজং—নুংশিৎ লোমদ মমাই ওন্দুন চেল্লব, মৃগানাং—শজ্বিশিংগী, কদম্বকং—কাংবু ময়াম্ন, তস্য-রামগী, কুতূহলং—কুমৈবু, ততান—শন্দোকখি ॥১৭

মণিপুরী — ইকাইথিবন লৈতেং ওইরিবী গোপীশিংন অখোইব (মিয়েং চুমদব) য়াওদন মখোইগী থৌরম পুম্নমক্ত নিংথিজরবীশিংবু উরগ থাজখি। অদুগ মখোইশিংগী ইতিং তিব চুম্নব পুকচেলবু উরগ রামচন্দ্রগী পুক্লিংদ নুংঙাইখি ॥১৫॥

সিতারবিন্দপ্রচয়েষু লীনাঃ
সংসক্তফেনেষু চ সৈকতেষু।
কুন্দাবদাতাঃ কলহংসমালাঃ
প্রতীয়িরে শ্রোত্রসুখৈর্নিনাদৈঃ ॥১৮॥

অন্বয়ানুবাদঃ—সিতারবিন্দপ্রচয়েষু—অঙৌব থম্বাল পুম্নমক্ত, সংসক্ত-ফেনেষু—অঙৌব কোঙ্গোলন কোইশিল্লিব, সৈকতেষু—অঙৌব লৈ-ঙোইশিংনসু, লীনা—ঙাক্লি, কুন্দাবদাতাঃ—কুন্দোগুম্ন ঙৌবর, কলহং-সমালাঃ—কাংঙগী পরেংশিংন, শ্রোতসুখৈঃ—তাবদা নুংঙাইরব, নিনাদৈঃ—খোঞ্জেন পুম্নমক্ত, প্রতীয়িরে-খংখি [তাখি] ॥১৮॥

---

মণিপুরী— গোপগী নুপীশিংন (মাখোনচিংবগী থৌরী পাইদুনা) নাক য়েৎ অনিদ থেক্ল থেক্ল চৎলি। হকচাংগী লৈতেং মণি মুক্তাশিংন লৈতেংলবীশিংগী শাথেক্ল খ্বাংদ ইপোম হৌরি। মাখনগী দগু অদুন নৈবদগী খর লুম্ন থোরক্লিব মখোন্ন তাল থারদুন শারিব গোপীশিংগী জগোই উরগ রামগী পুক্লিং নুংঙাইহন্খি ॥১৬॥

শরৎকী মতমদ মখল মখলগী মচুন লৈতেংলব বন পুম্নমক্কী ফজরব মতমদ, য়েকখোৎলব [অরাংব] শজি ময়াম্ন মী লাকপ উবদ নুংশিং লোমদ মমাই ওন্দুন চেনখ্রিব শজি ময়াম অদু উরগ, রামগী কুমৈ ওইখি।১৭।

অঙৌব থম্বালশিংদ অঙৌব কোঙ্গোন্ পুম্নমক্ক কোইশিল্লি, অদুগী অকোইবদ লৈঙোইশিংনসু অমুক ঙাক্লি। অদুগ কুন্দোগুম্ন ঙৌরব কাংঙগী পরেংন তাবদ নুংঙাইরব খোঞ্জেলন অতৎপ লৈতন খোংলিব অদু রামন খংখি (তাখি)।১৮।

ন তজ্জলং যন্ন সুচারুপঙ্কজং
ন পঙ্কজং যদ্‌ যদলীনষট্‌পদম্‌।
ন ষট্‌পদোঽসৌ ন জুগুঞ্জ যঃ কলং
ন গুঞ্জিতং তন্ন জহার যন্মনঃ ॥১৯॥
তং যাযজূকাঃ সহভিক্ষুমুখ্যৈ-
স্তপঃ কৃশাঃ শান্ত্যুদকুম্ভহস্তাঃ।
যাযাবরাঃ পুষ্পফলেন চান্যে
প্রানর্চ্চুরর্চ্চ্যা জগদর্চ্চনীয়ম্‌ ॥২০॥

অন্বয়ানুবাদঃ—তৎজলং – অদুগুম্ব ঈশিংন, ন – লৈত্রবদ, যৎ – অদুগুম্ব, সুচারুপঙ্কজং – ফজরব থম্বালন, ন – ওইদে [শাত্তে] তৎ – অদুগুম্ব, পঙ্কজং – থম্বালন, ন, ওইদ্রবদ, যৎ – অদুগুম্ব, অলীনষট্‌পদম্‌ – খোইমুন, ন – নত্তে [তোংদে] অসৌ – অদুগুম্ব, ষট্‌পদঃ – খোইমুন, ন – ওইদ্রবদ তোংদ্রবদ] যঃকলং – অদুগুম্ব অব্যক্ত মধুর ওইব খোন্থাক্ত, ন জুগুঞ্জ – ঙংখিদে, তৎগুঞ্জিতং – ঙংব অদুন, ন – ওইদ্রবদ, যৎমনঃ – অদুগুম্ব পুক্কিংবু, ন জহার – হুখিদে।১৯।

তপঃ কৃশাঃ – তপ তৌবদ মযাং কংলব, যাযজূকাঃ – যজ্ঞ তৌরিব মুনিশিংন, শান্ত্যুদকুম্ভহস্তাঃ – মখুত্ত শান্তিগী চফু পাইদুন, ভিক্ষুমুখ্যৈঃ সহ – লম্বোইবশিংগ লোইনন, গজদর্চ্চনীয়ং – জগৎন পূজা তৌনফম ওইরব, তং – রামবু, প্রানর্চ্চু – পূজা তৌখি, অর্চ্চ্যাঃ – পূজা তৌরিব, অন্যে – অতৈ, যাযবরা – অথোইব মুনশিংন, পুষ্পফলেন – হৈলৈন, প্রানর্চ্চুঃ – পূজা তৌখি ॥২০॥

---

মণিপুরীঃ—ঈশিং লৈতব পুখ্রীদ থম্বাল শাত্তে, থম্বাল্‌ন শাত্রবদ খোইমুসু ইনদে, খোমুইন তোংদ্রবদ ঙংবসু তাদে, মধুরসুর ন তাদ্রবদ পুক্কিংসু হুখিদে।১৯।

বিদ্যামথৈনং বিজয়াং জয়াঞ্চ
রক্ষোগণং ক্ষিপ্নুমবিক্ষতাত্মা।
অধ্যাপিপদ্গাধিসুতো যথাব
ন্নিঘাতয়িষ্যন্ যুধি যাতুধানান্ ॥২১॥
আয়োধনে স্থায়ুকমস্ত্রজাত
মমে ধনভ্যর্ণমহাহবায়।
দদৌ ধয় ক্ষণদাচরাণাং
তস্মৈ মুনিঃ শ্রেয়সি জাগরূকঃ।২২।

অন্বয়ানুবাদঃ—অথ – অদুগী তুংদ, অবিক্ষতাত্মা – পুক্লিংদ রাগ দ্বেষ লৈত্রব, গাধিসুতঃ – বিশ্বামিত্রন, যুধি – লানফমদ, যাতুধানান্ – হিংচাব শিংবু, নিঘাতয়িষ্যন্ – হাৎহনগে নিংলদুন, রক্ষোগনং – হিংচাবশিংবু, ক্ষিপ্নুং – তকথোক্কে নি দুন, বিজয়াং – বিজয়া কৌব, জয়াংচ – জয়া কৌবসু, বিদ্যাং – মন্ত্রবু, এনং – রামদ, যথাবৎ – বিধিগী মতুং ইন্না, অধ্যাপিপৎ – তম্বিখি।২১।

শ্রেয়সি – তথোইব, যাগরূকঃ – তুমদরব, মুনিঃ – মুনিন, অভ্যর্ণমহাহবায় – মনাক্ত থোক্কগদে রিব অকনব লানগীদমক, তস্মৈ – রামদ, ক্ষনদাচরাণাং – হিচাবশিংবু বধায় – হাৎনবগীদমক, আয়োধনে – লানফমদ, স্থায়ুকং – লৈনব, অমোঘং – অমাং অত লৈদ্রব, অস্ত্রজাতং – খুৎলাই কয়ামুক, দদৌ – পীখি।২২।

---

মণিপুরী – তোপ তৌবদ ময়াং কংলব অমসুং যজ্ঞ তৌবন মথৌ ওইরব মুনিশিংন শান্তিগী চফু পাইদুন লম্বোইবশিংগ লোইনন জগৎন পূজা তৌনফম ওইরিব রাম, লক্ষ্মণ অনিবু পূজা তৌখি। অদুগ অতৈ মুনিশিংন হৈ-লৈ কত্তুনা পূজা তৌখি।২০।

তং বিপ্রদর্শং কৃতঘাত যত্না
যান্তং বনে রাত্রিচরী ডুঢৌকে।
জিঘাংসুবেদং ধৃতভাস্বরাস্ত্র-
স্তাং তাড়কাখ্যাং নিজঘান রামঃ ॥২৩॥
অথালুলোকে হুতধূমকেতু
শিখাঞ্জনস্নিগ্ধসমৃদ্ধশাখম্।
তপোবনং প্রাধ্যয়নাভিভূত
সমুচ্চরচ্চারুপতত্রিশিঞ্জম্ ॥২৪॥

অন্বয়নুবাদ ঃ—বিপ্রদর্শং—ব্রাহ্মণশিংবু উরগ, কৃতঘাতযত্না—হাৎনবগী থৌরাং তৌরিবী, রাত্রিচরী—হিংচাবীন, বনে—বনদ, যন্তং—চৎলকপদ, তং—রামবু, ডুঢৌকে—থেংনরবী, তাড়কাখ্যাং—তাড়কা কৌবী তাং — হিংচাবী অদু, জিঘাংসুবেদং — মরম খংলগ হাৎকে নিংলদুন, ধৃতভাসুরাস্ত্রং— অথৌব খুৎলাই পাইরিব, রামঃ—রামন, নিজঘান—হাৎখি ॥২৩॥

---

মণিপুরী—অদুগী তুংদ পুক্নিংদ রাগদ্বেষ লৈত্রব বিশ্বামিত্র মুনিন হিংচাবশিংবু হাৎহনগে নিংদুন, অমসুং তকথোকহনগে নিংদুন বিজয়ী, জয়া কৌব মন্ত্রবু রামদ বিধি কাইদন তম্বিখি ॥২১॥

( অসুম মন্ত্র তম্বীরগ ) অথোইব তুমদবন মরমচৎ ওইরব বিশ্বামিত্র মুনিন মনাক্ত থোকলগদৌরিব অকনব লানগীদমক রামদ হিংচাবশিংবু হাৎনব অমাং অতা নাইদ্রব খুৎলাই কয়ামুক পীখি ॥২২॥

ব্রাহ্মণশিংবু উবদ হাৎনবগী থৌরাং তৌরিবী তাড়কা কৌবী হিংচাবী অসিন বনদ লাকপদ রামবু থেংনখি। রামনসু মথোইবু হাৎকদৌরে হায়ব খংলদুন, অথৌব মগুণ লৈরব তেন্ন হাৎখি ॥২৩॥

ক্ষুদ্রান্ ন জক্ষুর্হরিণান্ মৃগেন্দ্রা
বিশশ্বসে পক্ষিগণৈঃ সমস্তাৎ।
নংনম্যমানাঃ ফলদিৎসয়েব
চকাশিরে তত্র লতা বিলোলাঃ ।।২৫।।

অন্বয়ানুবাদ —অথ—অদুগী তুংদ রামন, হুতধূমকেতু শিখাঞ্জনস্নিগ্ধসম্বদ্ধশাখম্—লৈন ফজন শাৎলিব উশাশিংদ মহৈন লুমথদুন নোপথরব উগী মশাশিংদ হোম তৌবগী মৈথুগ লোইনরব মৈরিন য়েবদ কালিগুম্ন ল লব, প্রাধ্যয়নাভিভূতসমুচ্চরচ্চারুপতত্রিশিঞ্জম্--বেদ পাঠ তৌবগী অৱাংব খোনজেলন নিংথিজরব উচেকশিংগী মখোন্দগী হেন্নব, তপোবনম্—তপোবনবু, আলুলোকে—উখি ।।২৪।।

তত্র—বন অদুদ, মৃগেন্দ্রাঃ — নোংশাশিংন, ক্ষুদ্রান্—শিন্নব, হরিনান্—শজিশিংবু, নজক্ষুঃ—চাদে, সমস্তাৎ—মাইকৈ পুন্নমক্ত লৈরিব, পক্ষিগণৈঃ—উচেকশিংন, বিশশ্বসে—(নিংথিন) থাজখি, বিলোলাঃ—চঞ্চল ওইরব, লতাঃ—উরীশিংন, ফলদিৎসয়াইব — মহে পীগে হায়বগুম্ন, নন্নম্যমানাঃ--মহৈন লুমহুন লুকথরিব পুন্নমক্ত, চকাশিরে--নিংথিজখি, ।২৫।

মণিপুরী — অদুগী তুংদ ( তাড়কা হাৎলবগী তুংদ ) রামন, লৈশিংন মকাফন্ন শাৎলিব, মহে ময়াগী অরুম্বন নোপথরব উশাশিংদ হোম তৌবগী মৈথুগ লোইনরব মৈরীন য়েবদ কালিগুম্ন লংলব, বেদ পাঠ তৌবগী অৱাংব খোঞ্জেন্ন উচেকশিংগী খোঞ্জেন্দগী হেন্ন নুংশিরব তপোবনবু উখি ।।২৪।।

মুনিশিংগী তপোবন অদুদ নোংশানচিংব অচৌব জীবন শজিনচিংব অপিকপ জীববু ফাহুন চাদে। ( অমগ অমগ য়েক্নব লৈতন মতম পুম্বদ মুংঙাইন চিংনব লৈতন হিংমিন্নে ) মাইকৈ পুন্নমক্ত লৈরিব উচেকশিংনসু অৱাব লৈতন হিংখি। চঞ্চল ওইরব উরীশিংন মহৈন লুম-

অপূপুজন্ বিষ্টরপাদ্যমাল্যৈ-
রাতিথ্যনিষ্ণা বনবাসিমুখ্যাঃ।
প্রত্যগ্রহীষ্টাং মধুপর্কমিশ্রং
তাবাসনাদি ক্ষিতিপালপুত্রৌ ॥২৬॥

দৈত্যাভিভূতস্য যুবামবোঢ়ং
মগ্নস্য দোর্ভির্ভুবনস্য ভারম্।
হবীংষি সম্প্রত্যপি রক্ষতং তৌ
তপোধনৈরিত্থমভাষিষাতাম্ ॥২৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—আতিথ্যনিষ্ণা—অতিথিগী সৎকারদ হৈরব, বনবাসিমুখ্যাঃ — মহর্ষিশিংন, বিষ্টরপাদ্যমাল্যৈঃ—অসন, চেং-থোইদিং, লৈ পরেংনচিংবন, ( রাম লক্ষণ অনিবু ) অপূপুজন্—পূজা তৌখি, তৌ ক্ষিতিপালপুত্রৌ—রাম লক্ষ্মণ অনিন, মধুপর্কমিশ্রম্ — শঙ্গোম অফস্ব ঘী খোইহীগ লোইনরব, আসনাদি—আসনচিংব ( পুন্নমক ) প্রত্যগ্রহীষ্টাং —লৌখি ॥২৬॥

(হে দাশরথী !) যুবাং—নখোই অনিন, দৈত্যাভিভূতস্য—হিংচাবন নৈহৎপগী [ অবাবদ ] মগ্নস্য — লুপ্তুন লৈরব, ভুবনস্য — পৃথ্বীগী, ভারং—অরূম্ববু, দোর্ভিঃ—পাম্বোম খিবিরু, অবোঢ়ং—ক্ষংখি, [কোকপিখি ] সম্প্রতি অপি—হৌজিকসু, হবিংষি—যজ্ঞবু, রক্ষিতং—ঙাক্লি, ইত্থং—অসুম, তৌ—মখোই অনিদ, তপোধনৈঃ—ঋষিশিংন, অভাষিষাতাং—হায়খি ॥২৭॥

---

মণিপুরী — তুন লুকথরক্লিব অহুন (চংজরকপ জীবশিংদ) মহৈ পীগে হায়বগী মতৌগুম নিংথিজখি ॥২৫॥

তন্ প্রত্যবাদীদথ রাঘবোঽপি
যথেপ্সিতং প্রস্তুত কর্ম্ম ধর্ম্ম্যম্।
তপোমরুদ্ভির্ভবতাং শরাগ্নিঃ
সন্ধুক্ষ্যতাং নোঽরিসমিন্ধনেষুঃ ॥২৮॥
প্রতুষ্টুবুঃ কর্ম্ম ততঃ প্রক্লৃপ্তে
স্তে যজ্বিয়ৈর্দ্রব্যগণৈর্যথাবৎ।

অন্বয়ানুবাদঃ—অথ—অদুগী তুংদ, রাঘবঃ অপি—রামচন্দ্রনসু, তান্—ঋষিশিংদ, প্রত্যবাদীৎ—হায়খি, [হে তপোধনাঃ—হে ঋষিশা!] ধর্ম্ম্যং—ধর্ম্মগী ওইব, কর্ম্ম—যজ্ঞবু, যথেপ্সিতং—ননিং তৌন, প্রস্তুত—হৌরো, ভবতাং—নখোইগী, তপোমরুদ্ভিঃ—তোপন নুংশিৎ ওইদুন, ন—ঐখোইগী, শরাগ্নিঃ—তেনগী মৈন, অরিসমিন্ধনেষু—শীংগী মশক ওইরব য়েক্লববু, সংধুক্ষ্যতাং—চাকহল্লগনি ॥২৮॥

---

মণিপুরী—অতিথিগী থবক্ত হৈরব ঋষিশিংন আসন, চেং-খোইদিং লৈ পবেংনচিংবন রাম লক্ষ্মণ অনিবু পূজা তৌখি। মখোই অনিন সু মুনিন পীব পুজাগী উপহার পুম্নমক (হরাও হরাওন) লৌখি ॥২৬॥

ঋষিশিংন হায়খি হে রাম লক্ষ্মণ! নখোই অনিন হিংচাবশিংগী ভারন পুপ্নুন লৈরব পৃথিবীগী তরুস্থ কয়া কয়া নখোইগী পান্থোমন ঙাকপিখ্রবনি, হৌজিকসু ঐখোইগী যজ্ঞ ঙাকপিরি, অসুম্ন স্তুতিগী বাহৈ কম্না হায়খি ॥২৭॥

অদুগী তুংদ রামন মুনিশিংদ হায়খি। হে তপোধনাঃ! ধর্ম্মগী ওইব যজ্ঞ অসিদ চিংনব লৈতন হৌগৎলো, নখোইগী তপস্যা অদুন নুংশিৎ ওইরগ ঐখোইগী তেনগী মৈ অসিন অকংব শীংগী মশক ওইব য়েক্লবশিং অদু লোইন চাকথেকতুন মাংহল্লগনি ॥২৮॥

দক্ষিণ্যদিষ্টং কৃতমার্ত্বিজীনৈ-
স্তদ্যাতুধানৈশ্চিচিতে প্রসর্পৎ ॥২৯॥
আপিঙ্গরূক্ষোর্দ্ধ্বশিরস্যবালৈঃ
শিরালজঙ্ঘৈর্গিরিকূটদঘ্নৈঃ।
ততঃ ক্ষপাটৈঃ পৃথুপিঙ্গলাক্ষৈঃ
খং প্রাবৃষেণ্যৈরিব চানশেঽব্দৈঃ ॥৩০॥

অন্বয়ানুবাদ :—ততঃ—অদুগী তুংদ, তে—মুনিশিংন, পক্তৃভিঃ—নিংথিন শেম্নব, যজ্ঞিয়ৈঃ—যজ্ঞগী ওইব, দ্রব্যগণৈঃ—পোৎ পুম্নমক্, যথাবৎ—বিধিকাইদনা, কর্ম্ম—যজ্ঞন, প্রতুস্টুবু—হৌগৎত্রে, দক্ষিণ্যদিষ্ট—দক্ষিণা তৌরব, আর্ত্বিজীনৈঃ—ব্রহ্মনশিংন, কৃতম্—তাকপ মতুং ইন্না, প্রসর্পৎ—চৎত্রিব (হৌগৎত্রিব) তৎ—যজ্ঞ অদুবু, যাতুধানৈঃ—হিংচাবশিংন, চিচেত—খংখি ॥২৯॥

ততঃ — অদুগী তুংদ, আপিঙ্গরুক্ষোর্শিরস্যবালৈ — ভাংলৈনব শমন চপ চপ য়ুংলব, শিরালজঙ্ঘৈঃ—মকৈগলদ শিংলি মক্ত কারব, গিরি-কূটদঘ্নৈঃ—চীংগুম্ন ৱাংলব, পৃথুপিঙ্গলাক্ষৈঃ—অভাংব মিৎন লাওরব, ক্ষপাটৈঃ—হিংচাবশিংন, প্রাবৃষেণ্যৈঃ—বর্ষাগী মতমদ মংব, অব্দৈঃ ইব—নোংগুম্ন, খং—আকাশদ, আনশেচ—শিনব থুংখি ॥৩০॥

মণিপুরীঃ—অদুগী তুংদ মুনিশিংন নিংথিন শেম্নব যজ্ঞগী ওইব পোৎলম খিবিক্ত বিধিকাইদনা যজ্ঞ কর্ম্মদ হৌগৎখরে। দক্ষিণা তৌরব ব্রাহ্মণ-শিংন তাকপ বিধি মতুং ইন্না হৌগৎখিব যজ্ঞ অদু হিংচাবশিংন (যজ্ঞ হৌগৎত্রে হায়ব) খংখি।২৯।

অদুগী তুংদ ভাংলৈনরব শমশিংন চপ চপ য়ুংলব কৈগন্দ শিংলি-মক্ত কারব চীংগুম্ন ৱাংলব, অরাওব মমিৎন ভাংলব, মুত্তক মুরব হিংচাবশিংন বর্ষাগী মতমদ মংখ নোংগুম্ন আকশদ শিনব থুংন লৈখে ।৩০।

অধিজ্যচাপঃ স্থিরবাহুমুষ্টি-
রুদঞ্চিতাক্ষোঽঞ্চিতদক্ষিণোরুঃ।
তান্ লক্ষ্মণঃ সন্নতবামজঙ্ঘো
জঘান শুদ্ধেষুরমন্দকর্ষী ॥৩১॥

গাধেয়দিষ্টং বিরসং রসন্তং
রামোঽপি মায়াচণমস্ত্রচুঞ্চুঃ।
স্থাস্নুং রণে স্মেরমুখো জগাদ
মারীচমুচ্চৈর্বচনং মহার্থম্ ॥৩২॥

অন্বয়ানুবাদঃ—অধিজ্যচাপঃ—লীরী চন্নব লীরুংবু, স্থিরবাহুমুষ্টিঃ—খুড়ুম্ চেৎন পাইদুন, উদঞ্চিতাক্ষঃ—মিৎন মথকলোমদ য়েংলদুন, অঞ্চিত-দক্ষিণোরুঃ—য়েৎথংব খোংন ভুংথংলগ খর কোন্শিন্লদুন, সন্নত-বামজঙ্ঘঃ—ওইথংব খোংন মাং থারগ খর ভিংথোক্লদুন, শুদ্ধেষুঃ—অমাং অতা লৈত্রব তেন্ন, অমন্দকর্ষীং—(তেঙ্গা থোংলগ) কন্ন চিং-লদুন, লক্ষ্মণঃ—লক্ষ্মণন, তান্—হিংচাবশিংবু, জঘান—হাৎখি ॥৩১॥

অস্ত্রচুঞ্চুঃ—খুৎলাইদ হৈশিংলব, অপিঃ—রাম রামনসু, স্মেরমুখঃ মোমোন নোক্লদুন, গাধেয়দিষ্টং—বিশ্বামিত্রন তাক্লকপ, বিরসং—নাকোং কাইগদবগুম, রসন্তং—ঙংলদুন, মায়াচনং—মায়াগী, রণে—লানফমদ, স্থাস্নুং—লৈরিব, মারীচং—মারীচদ, মহার্থম্—অর্থ লৈরব, বচনং—ৱাহৈ কয়ামুক, উচ্চৈঃ—খোঙ্জেন ৱাংন, জগাদ—হায়খি ॥৩২॥

মণিপুরী—লীরী চন্নব লীরুং খুড়ুম চেৎন পাইদুন খোং য়েৎন ভুংথং লগ খর কোন্শিনলদুন, ওইথংব খোংন মাংথারগ কোন্নপ লৈরগ (হকচাংন চেপ্নপ তৌদুন) মিৎন মথকলোমদ য়েংথৎলদুন, অমাং অতা নাইত্রব তেন্ন তেঙ্গা থোংলগ লীরী নাখোং য়োন চিংদুন অকাশদ পাইরিব হিংচাবশিং অদু লক্ষ্মণন হাৎখি।৩১।

আত্মম্ভরিস্ত্বং পিশিতৈর্নরাণাং
ফলেগ্রহীন্ হংসি বনস্পতীনাম্।
শৌবস্তিকত্বং বিভবা ন যেষাং
ব্রজন্তি তেষাং দয়সে ন কস্মাৎ ॥৩৩॥
অদ্ম্যো দ্বিজান্ দেবযজীন্ নিহন্মঃ
কুর্ম্মঃ পুরং প্রেতনরাধিবাসম্।
ধর্ম্মোহ্যয়ং দাশরথে নিজো নো
নৈবাধ্যকারিষ্মহি বেদবৃত্তে ॥৩৪॥

অন্বয়ানুবাদঃ—হে পাপিষ্ঠ—হেপাপ চেনব!) নরানাং—মীশিংগী, পিশিতৈঃ—মাংসন, আত্মম্ভরিঃ—নবুক থন্ন চারিব, ত্বং—নংন, বনস্পতীনাং—উশিংগী, ফলেগ্রহীন্—মহৈত চাড়ুন হিংলিব মুনিশিংবু, হংসি—হাৎলি, যেষাং—মুনিশিংগী, বিভবাঃ—সম্পৎন্ শৌবস্তিকত্বং—হয়েংগি শরুক, ন ব্রজন্তি—চত্তে (থমদে) তেষাং—মুনিশিংবু, কস্মাৎ—কবি গীদমক, ন দয়সে—থৌজানবিদ্রিবনো? ॥৩৩॥

মারীচঃ উবাচ—মারীচন হায়খি) হে দাশরথে—হে রাম! দ্বিজান্—ব্রাহ্মণশিংবু, অদ্মঃ—চারি, নিহন্মিঃ—হাৎলি, পুরং—শহরদন, প্রেতনরাধিবাসং—অশিবমীশিংগী য়ুম্ফমবু, কুর্ম্মঃ—তৌবি, অয়ং—অসিন, ন—ঐখোইগী—নিজধর্ম্মঃ—ইশাগী ধর্ম্মনি, হি—লেপ্পমক, বেদবৃত্তে—বেদবিধিদি, ন অধ্যকারি ষ্মহিএব—ইথৌনত্তে ॥৩৪॥

---

মনিপুরী—খুৎত খুৎলাইদ হৈরব রামনসু বিশ্বামিত্রন তাক্লকপ মায়ংগী, লানফমদ, নাকোং কাইগদবগুম্ব ঙংলহুন লৈরিব মারীচদ নিংথিরব অর্থ লৈরব বাহৈ কয়ামুক যোমোন নোক্লহুন খোঞ্জেন বাংন হায়খি ॥৩২॥

ধর্ম্মোঽস্তি সত্যং তব রাক্ষসায়
মন্যো ব্যতিস্তে তু মমাপি ধর্ম্মঃ।
ব্রহ্মদ্বিষস্তে প্রণিহন্মি যেন
রাজন্যবৃত্তির্ধৃতকার্মুকেষুঃ ॥৩৫॥

অন্বয়ানুবাদঃ—( রামঃ—রামন, অবদৎ—হায়খি ) হেরাক্ষস—হে হিংচাব অয়ং—মথক্ত হায়বিব অসিন, তব—নংগী, সত্যং—অশেংব, ধর্ম্মঃ অস্তি ধর্ম্ম ওইরি. তু—তৌইগুমসুং, মমঅপি—ঐগীসু, অন্যঃ ধর্ম্মঃ—অতোপ্পা ধর্ম্ম ব্যতিস্তে—লৈরি, যেন ধর্ম্মঃ—অদুগুম ধর্ম্ম অদুন. রাজন্য বৃত্তিঃ—নিংথৌমচা ঐখোয়গী ইথৌন, ধৃতকার্ম্মুকেষুঃ—লীরাং পাইদুন, ব্রহ্মদ্বিষঃ—ব্রাহ্মণগী যেক্লব ওইব, তে—মখোইশিং অদু, প্রনিহন্মি হাংলি ।।৩৫।।

---

মণিপুরী —হে পাপচেনব। নংদি মীশিংগী মশাদ চাদুন নবুক থল্লি। নংন বনগী উইহশিংত চাদুন হিংলিব মুনিশিংবু হাংলি। মখোইগী মবল মথুম য়াম লৈবসু নত্তে, অদুগ মখোইদি হয়েংগী শরুক ফাওব খাকত্রব মুনিশিংবু করিগীদমক নংন ন্দুংশিজ্রিবনো? ॥৩৩॥

( রামগী বাহৈশিং অসি তারগ ) মারীচন হায়খি, হে দশরথগী মচা রাম। হিংচাব ঐখোইদি ব্রাহ্মণশিংবু চারি অমসুং হাংলি, অদুগ শহরগী মফম পুন্নমক্তন অশিব মিপুন্নমক্কী মোংফম ওইহল্লি, হায়রিব মরমশিং অসি হিংচাব ঐগী ধর্ম্মনি, অদুগ বেদদ হায়রিব বিধিপুন্নমক অসিদি হিংচাব ঐখোইগী ইথৌ নত্তে ।।৩৪।।

রামন হায়খি হেমারীচ! মথক্ত হায়রিবশিং অসিন নখোইগী অশেংব ধর্ম্ম ওইরবদি, ঐগীসু অতোপ্পা ধর্ম্ম কয়ামুক লৈরি, অদুগুম ধর্ম্ম অদুন নিংথৌ মচা ঐখোইন খুত্ত লীরাং পাইদুন ব্রাহ্মণশিংগী যেক্লব ওইব মখোইশিং অদু হাংলিবনি ।৩৫।

ইত্থং প্রবাদং যুধি সম্প্রহারং
প্রচক্রতুরামনিশাবিহারৌ।
তৃণায় মত্বা রঘুনন্দনোঽথ
বাণেন রক্ষঃ প্রধনান্নিরাস্থৎ ॥৩৬॥
জগ্মুঃ প্রসাদং দ্বিজমানসানি
দ্যৌর্বর্ষুকা পুষ্পচয়ং বভূব।
নির্ব্যাজমিজ্যা ববৃতে বচশ্চ
ভূয়ো বভাষে মুনিনা কুমারঃ ।৩৭।

অন্বয়ানুবাদঃ— রামনিশাবিহারৌ — রামগ হিংচাবগ অনিগী, যুধি— লান্দ, ইত্থং—অসুম্ন, প্রবাদং—বাক্য যুদ্ধ তৌরগ, সম্প্রহারং—খুৎলাইগী লালবু, প্রচক্রতুঃ — তৌখি, অথ—অদুগী তুংদ, রঘুনন্দনঃ — রামচন্দ্রন রক্ষঃ—হিংচাববু, তৃণায় মত্বা—নাপীগুম্ন লিংলদুন, বাণেন—তেন্ন, প্রধনাৎ লানফমদগী, নিরাস্থৎ—তকথোকখি ।৩৬।

দ্বিজমানসানি—ব্রাহ্মণশিংগী পুক্নিংদ, প্রসাদং—অপেনববু, জগ্মুঃ —ওইখি, দ্যৌঃ—অকাশদগী, পুষ্পচয়ং — লৈগীমপৈন, বর্ষুকা বভূব— নোংগুম্ন চুথখি, ইজ্যা—যজ্ঞন, নির্ব্যাজং—উপদ্রব লৈতন, ববৃতে—তৌখি মুনিনা—বিশ্বামিত্রন, কুমারঃ—রামবু, ভূয়ঃ—অমুক হন্ন, বচশ্চ—ৱাবুসু, বভাষে—হায়খি ।৩৭।

---

মণিপুরী—রামগ মারীচগ অনিগী লানফমদ অহানবদ বাক্য যুদ্ধ তৌ-নরগ, মতুংদ খুৎলাইগী লান হৌখি। রামন মারীচবু নাপীগুম্ন নিং-লরুদুন তেন্তন কাপ্লুন তান্থোকখি। ॥৩৬॥

মহীয্যমানা ভবতাতিমাত্রং
সুরাধ্বরে ঘস্মরজিত্বরেণ
দিবোঽপি বজ্রায়ুধভূষণায়া
হ্রিণীয়তে বীরবতী ন ভূমিঃ ।৩৮।
বলির্ববন্ধে জলধির্মমন্থে
জহ্রেঽমৃতং দৈত্যকুলং বিজিগ্যে ।
কল্পান্তদুঃস্থা বসুধা তথোহে
যেনৈষ ভারোঽতিগুরুর্ন তস্য ।৩৯।

অন্বয়ানুবাদ :—সুরাধ্বরে—লাইগী ওইব যজ্ঞদ, ঘস্মরজিত্বরেণ—হিং-চাবশিংবু ঙমন, ভবতা—নংন, অতিমাত্রং—থোইদোক, মহীয্যমানা—পূজা তৌনরগনি, বীরবতী—অকনব পোকপী, ভূমিঃ—পৃথীদ, বজ্রায়ু-ধভূষণায়া—বজ্রন শুং লাইওইন লৈতেংলিব, দিবঃ অপি—স্বর্গদগীসু, হ্রিণীয়তে—ইকাইব লৈতে ।৩৮।

---

মণিপুরী—অদুগী তুংদ ব্রহ্মণশিংগী পুক্রিংদ অপেনব ওইখি। অকাশদগী দেব সভা ময়াম্ন পেনথ্রদুন লৈগী মপৈ মপৈন নোংচুবগুম চাইথখি। মতম অদুদ হিংচাবশিংগী য়েথাইব লৈতন যজ্ঞ তৌখি। বিশ্বামিত্র মুনিন রামদ অমুক হন্ন ঋ কয়ামুক হায়খি ।৩৭।

হে দাশরথে! লাইগী পেন্নব তৌব যজ্ঞদ হিংচাবশিংবু নহাক্ন ঙমলে, অদুন হৌজিক মরোল অহুম অসিদ থোইদোক হেন্দোক্ন পুজা তৌ-রগনি, নহাক্ন পৃথী অসিদ অবতার তৌবদগী পৃথী অসিসু অকনব পোকপী ওইরে। বজ্রন শুংলাই ওইন পাইদুন অমরাবতীবু ঙাক্নিব অদুদগীসু ইকাইদে ।৩৮।

ইতিক্রুবাণো মধুরং হিতঞ্চ
তমাজ্ঞিহন্মৈথিলযজ্ঞভূমিম্ ।
রামং মুনিঃ প্রীতমন মখান্তে
যশাংসি রাজ্ঞাং নিজিঘৃক্ষয়িষ্যান্ ।৪০।

অন্বয়ানুবাদঃ--হেরাম--হেরামচন্দ্র ! যেন—নহাক্ক, বলিঃ—বিরোচনগী মচা বলিবু ববন্ধে—পুনখি, জলধিঃ—সমুদ্রবু, মমন্থে—নৈখি, অমৃতং—অমৃতবু, জহ্রে ছখি, দৈতকুলং—হিংচাব পুম্নমকপু, বিজিগ্যে—জয় তৌখি, তথা অমদি কল্পান্তদুঃস্থা---প্রলয়গী মতমদ অৱাব তারবী, বসুধা---পৃথীবু, উহে ---লৌখৎখি, তস্য---নহাক্কী, এষ---অসিগুম্ব ( যজ্ঞ ঙাকপগী ) ভারঃ—ভারন অতিগুরুঃ ন--অচৌব থবক নত্তে ॥৩৯॥

ইতি---অসুম্ন, মধুরং—নিংথিজরব, হিতংচ---অফব বাহৈ কমাম্নু, ব্রুবাণঃ---হায়রগ, মুনিঃ—বিশ্বামিত্র মুনিন, মখান্তে—যজ্ঞ লোইরবদ, প্রীতমনাঃ—পুক্নিংদ পেল্লহুন, রাজ্ঞাং—নিংথৌশিংগী যশাংসি—মিংচৎ-খিবিকপু, নিজিঘৃক্ষয়িষ্যান্—তকথোক্কে হায়ন নিংহুন, ( মাংহনগে হায়-ননিংহুন ) তং—মথক্ত হায়রিব, রামং—রামবু, মৈথিলা যজ্ঞভূমিম্—মিথিলা দেশগী যজ্ঞ তৌফমদ, আজ্ঞিহৎ—চৎখি ।৪০।

---

মণিপুরী — বিশ্বামিত্র মুনিন হায়খি, হেরামচন্দ্র ! নহাক্ক ( বামন অবতার তৌহুন ) বিরোচনগী মচা বলিবু পুনখি। অদুগ ( থেঙ্গুগী মূর্ত্তি ওইন অবতার তৌখিহুন ) সমুদ্রবু নৈখি। ( সমুদ্র নৈবদগী ফংলকপ অমৃত চফু অদু ) হখি। হিংচাবগী শাগৈ পুম্নমক জয় তৌখি। (হায়বদি মোহিনীগী মশক ওইবী নুপীগী শকতম লৌহুন শুমহৎখি ) অমন মহা-প্রলয়গী ঈশিংদ লুপ্পুন অবাব তারবী পৃথীবু ( বরাহ অবতার তৌখিহুন লৌথৎপিখি। অসিগুম্ব ভারময়াম অসি য়েংলুরবদি হন্নকী যজ্ঞ ঙাকপ আম্বদি অচৌব থবক নত্তে ।৩৯

ইতঃস্ম মিত্রাবরুণৌ কিমেতৌ
কিমশ্বিনৌ সোমরসং পিপাসূ ।
জনং সমস্তং জনকাশ্রমস্থং
রূপেণ তাবৌজ্জিহতাং নৃসিংহৌ ।৪১।
অভিগ্রহস্তং জনকো ধনুস্ত
দ্যেনার্দিদদ্ দৈত্যপুরং পিনাকী ।
জিজ্ঞাসমানো বলমস্য বাহ্বো-
র্হসন্নভাঙ্ ক্ষীদ্রঘুনন্দনস্তৎ ।৪২।

অন্বয়ানুবাদঃ---সোমরসং—সোমরসবু পিপাসূ—থক্কে, হায়ন নিংঙ্গুন, মি-ত্রাবরুণৌ—মিত্রাবরুণ কৌব লাই অনিন, ইতঃস্ম কিম্—লাক্লবর, নত্রগ অশ্বিনৌ—অশ্বিনীকুমার অনিন, এতৌ কিম্ লাক্লবর, ( ইতি—অসুম্ ) তৌ—মথক্ত হায়গ্রিব, নৃসিংহৌ—রাম লক্ষ্মণ অনিন, রূপেন—নিংথিজব অঙ্গুন মরম ওইঙ্গুন, জনকা শ্রমস্থং—জনকনিংথৌগী আশ্রমদ লৈরিব, সমস্তম্---অয়াম্, জনম্—মিপুম্নমক্, ঔজিহতাম্—খন্নখি ।৪১।

---

মণিপুরী---অসুম্ নিংথিজবব বাহে করান স্তুতি তৌরগ বিশ্বামিত্র মুনিন যজ্ঞ কর্ম্মন সাঙ্গ ওইরবদ, পুক্লিংদ পেনগ্রঙ্গুন ( রামগী মিংচৎ হেঙ্গৎহন্‌গে) নিংথৌ মচাশিংগী মিংচৎ নমথগে অমসুং তকথোক্কে নিংঙ্গুন মিথিলা দেশগী যজ্ঞভূমিদ ( হরধনু থুদেক্লব ] মুমিন রাম লক্ষ্মণবু পুঙ্গুন চৎখি ।৪০।

সোমবসবু থক্কে নিংঙ্গুন নুমিৎক বরুণগ লাই অনিন লাক্লিবর ? নত্রগ অশ্বিনীকুমার অনিন লাক্লবর ? অসুম্, মথক্ত হায়রিব রাম লক্ষ্মণ অনিন বিশ্বামিত্র মুনিগ লো`-- লাকপদ জনক নিংথৌগী আশ্রমদ লৈরিব মী পুম্নমক্ থন্নখি ।৪১

ততো নদীষ্ণান্পথিকান্গিরিজ্ঞা
নাহ্বায়কান্ভূমিপতেরয়োধ্যাম্।
দিৎসুঃ সুতাং যোধহরৈস্তুরঙ্গৈ-
র্ব্যসর্জয়ন্মৈথিলমর্ত্যমুখ্যঃ ॥৪৩॥

অন্বয়ানুবাদঃ—জনকঃ—জনক নিংথৌন অস্য — রামগী, বাহ্বোঃ পাম্বোম অনিগী, বলং—পাঙ্গলবু, জিজ্ঞাসমানঃ—খংগে নিংদুন, তং—রামবু তৎ—অৎগুম্ব প্রসিদ্ধ ওইরব, ধনুঃ—লীরুংবু, অভিগ্রহৎ—লৌহনখি, যেন—লীরুং অসিন, পিনাকী - মহাদেবন, দৈত্যপুরং—হিংচাবগী কোম্নুংবু, আদিদৎ—নৈহৎখি, রঘুনন্দনঃ — রামচন্দ্রন, হসন্ — নোক্ক নোক্ক, তৎ—লীরুং অদু, অভাঙ্ক্ষীৎ—থুদেকখি ॥৪২॥

ততঃ—লীরুং থুদেক্কবগী তুংদ, সুতাং — সীতাবু, দিৎসুঃ — পীগে নিংলদুন, মৈথিলমর্ত্যমুখ্যঃ—মিথিলা দেশগী অথোইব জনকন, নদীষ্ণান্ —ঈরোইবদ হৈরব, পথিকান্—লম্বী চৎপদ হৈরব [ লম্বী খংলব ] গিরিজ্ঞান্—চীংকাবদ হৈরবশিংন, ভূমিপতেঃ—দশরথবু, আহ্বায়কান্ —কৌরুনব দূতশিংন, যোধহরৈঃ—লাম্মীশিংগী বাহন ওইরব, তুরঙ্গৈঃ —শগোলশিংবু [ তোংদুন ] অযোধ্যাদ, ব্যসর্জয়ৎ—থাখি ।৪৩।

---

মণিপুরী—অসুম্ন রাম লক্ষ্মণ অনিন যৌরক্কবদ, জনক নিংথৌন, রামগী পাম্বোগী পাঙ্গল য়েংনিংলদুন মরোন অহুমদ ফাওরব লীরুং অদু লৌহনখি। লীরুং অসি মহাদেবন পাইদুন হিংচাবগী কোম্নুংবু নৈহৎখ্রব লীরুংবু নোক্ক নোক্ক [ ইরাই লাইন ] থুদেকখি ।৪২।

লীরুং থুদেক্কবগী তুংদ সতীবু লুহোংলগে নিংলদুন মিথিলা দেশগী অথোইব জনক নিংথৌন, ইরোইব হৈরব লম্বী খংলব চীংকাব হৈরব মীশিংব খল্লদুন, দশরথ নিংথৌবু কৌরুনব শগোল তোংদুন, পাওপুব দূতশিংবু অযোধ্যাদ চৎহল্লখি ।৪৩।

ক্ষিপ্রং ততোঽধ্বন্যতুরঙ্গযায়ী
যবিষ্ঠবদ্বৃদ্ধতমোঽপি রাজা।
আখ্যায়কেভ্যঃ শ্রুতসূনুবৃত্তি-
রগ্লানযানো মিথিলামগচ্ছৎ ॥৪৪॥
বৃন্দিষ্ঠমার্চীৎ বসুধাধিপানাং
তংপ্রেষ্ঠমেতং গুরুবৎগরিষ্ঠম্।
সদৃঙ্ মহান্তং সুকৃতাধিবাসং
বংহিষ্ঠকীর্ত্তির্যশসা বরিষ্ঠম্ ॥৪৫॥

অন্বয়ানুবাদঃ—ততঃ—অদুগী তুংদ, রাজা—দশরথন, আখ্যায়কেভ্যঃ—পাও পুরক্লিবশিংন [তমদুন] শ্রুতসূনুবৃত্তিঃ—রামগী বৃত্তি পুম্নমক তারগ, বৃদ্ধতমঃ অপি—অহল ওইরবসু, যবিষ্ঠবৎ—পাখংগী মতৌগুম্ন, অধ্বন্যতুরঙ্গযায়ী—থুন চৎনবগী শগোল তোংলদুন, অগ্লানযানঃ [সন্] অবাব লৈতন, ক্ষিপ্রং—থুন, মিথিলামগচ্ছৎ—মিথিলা কোন্নুংদ চৎখি।৪৪।

সদৃক্ বংহিষ্ঠকীর্ত্তিঃ—[দশরথগ] মাম্নন য়াম্নমিংচৎ লৈরব, [সঃ—জনকনিংথৌন] বসুধাধিপানাং—নিংথৌশিংগী মরক্তগী, বৃন্দিষ্ঠং—অথোইব, প্রেষ্ঠং—চাম্নরব, গুরুবৎ—গুরুগুম্ন, গরিষ্ঠং—নিংথিন পূজা তৌনরব, মহান্তং—মতিক মগুণ লৈরব, সুকৃতাধিবাসং—ধর্ম্মগী তুংনফম ওইরব, যশসা—মিংচৎন, বরিষ্ঠম্—অথোইব ওইরব, এতং—লাক্লিব, তং—দশরথবু, আর্চীৎ—পূজা তৌখি ॥৪৫॥

---

মণিপুরী---অদুগী তুংদ দশরথ নিংথৌন পাও পুরক্লিবশিংদগী (রামন হরধনু থুদেকপগী) পাও পুম্নমক তারগ, থুনয়োনবগীদমক শগোল তোংদুন, অহল ওইররসু পাখংগী মতৌগুম্ন অবাব লৈতন মিথিলা কোন্নুং য়ৌনব চৎখি ॥৪৪॥

ত্রিবর্গপারীণমসৌ ভবন্ত-
মধ্যাসয়ন্নাসনমেকমিন্দ্রঃ।
বিবেক দৃশ্বত্বমগাৎ সুরাণাং
তং মৈথিলো বাক্যমিদং বভাষে ৪৬
হিরন্ময়ী শাললতেব জঙ্গমা
চ্যুতা দিবঃ স্থাস্নুরিবাচিরপ্রভা।
শশাঙ্ককান্তেরধিদেবতাকৃতিঃ
সুতা দদে তস্য সুতায় মৈথিলী ৪৭

অন্বয়ানুবাদঃ---মৈথিলঃ—জনক নিংথৌন, তং ( দশরথং ) দশরথদ, ইদং বক্ষ্যমাণং বাক্যং—হায়রক্কাদৌরিব ৱাহৈশিং অসি, বভাষে — হায়খি, অসৌ ইন্দ্রঃ—বিপক্ষস্থঃ ওইরব ইন্দ্রন, ত্রিবর্গপারীণং—ধর্ম্ম অর্থ-কামন চিংব পুম্নমকপু জয় তৌরব, ভবন্তং — নহাকপু, আসনং — আসন অমদ, অধ্যাসয়ন্—ফমিন্নহুন, সুরাণাং—লাইশিংগী, বিবেকদৃশ্বত্বং—জ্ঞান ফংব মতৌবু, অগাৎ—ওইখি।৪৬।

মণিপুরী—দশরথগ মান্নন মিংচৎলব জনক নিংথৌন, নিংথৌশিংগী মরক্তগী অথোইব য়াম্ন চান্নবদু ওইরব, গুরুগুম্ন নিংখিন পূজা তৌনরব মতিক মগুণ লৈরব অমসুং পুণ্য চেন্নব মিচৎ লৈবখিবিক্কী মরক্তগী অথোইব ওইহুন লাক্লিব দশরথ নিংথৌবু পূজা তৌখি।৪৫।

হেমহী পতে! নহাক্ন ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, ত্রিবর্গ অহুম অসিগী সা-ধনাবু সুন্ন খংহুন জয় তৌব ওক্লি। সুররাজ ইন্দ্রন নহাকপু আসন অমদ ফমিন্নরগ সন্মান্ ফংহুন লাইশিংগী মরক্ত গুণগ্রাহী ওই হায়হুন ফাওখ্রব নহাক্লি। অসুম্ন জনকনিংথৌন দশরথ নিংথৌদ ৱাহৈশিং অসি হায়খি।৪৬।

লঙ্কাং ততো বিশ্বজনীনবৃত্তি-
স্তামাত্মনীনামুদবোঢ়রামঃ।
সদ্রত্নমুক্তাফলভর্ম্মভূষাং
সংবংহয়ন্তীং রঘুবর্গ্যলক্ষ্মীম্ ।৪৮।

অন্বয়ানুবাদঃ---হিরণ্ময়ী—সনাগী মচুমালবী, জঙ্গমা—কোইচৎ চৎলিবী, শালতা ইব—শালবৃক্ষদ য়েংলিব উরীগুম্লবী, দিবঃ—অকাশদগী, চ্যুতা—নাস্থরক্লগ স্থাস্নুঃ—লেংদ্রব, অচিরপ্রভা ইব—চুমথাং থনবগুম্লবী, শশাঙ্ক-কান্তেঃ---চন্দ্রিকাগী, অধিদেবতাকৃতিঃ—অধিদেবীগী মতোওম্লবী, সুতা—মচানুপী, মৈথিলী—সীতাবু, তস্য—দশরথগী, সুতায়—মচাগীদমক (রাম-গীদমক) দদে—পীখি, (ইথমেব—অমুম তৌন, তেন—জনকন, ভরতায় —ভরতকিন, মাণ্ডবী—মাণ্ডবী কৌবী, লক্ষ্মণায়—লক্ষ্মণগীন উর্মিলা—উর্মিলা কৌবী, শত্রুঘ্নায়—শত্রুঘ্নগীন, শ্রুতকীর্তিঃ — শ্রুতকীর্তি কৌবী মখোইশিং অসিসু মথং মথং বিবাহ তৌদুনা পীখি।৪৭।

ততঃ—অদুগী তুংদ, বিশ্বজনীনবৃত্তিঃ—মীপুম্নমক্কী ফনব থবক হৌরব রামঃ—রামচন্দ্রন, লঙ্কাং—ফংলক্লব, আত্মনীনাং—মশাগী ফনব ওইরব সদ্রত্নমুক্তাফলভর্ম্মভূষাম্—নিংথিরব মণি মুক্তা সনাখিবিক্ক লৈতেংলবী, রঘুবর্গ্যলক্ষ্মীং — রঘুবংশগী লক্ষ্মীবু সংবংহয়ন্তীং—নিংখিন ওইরবী, তাং সীতাবু, উদবোঢ—লুহোংখি।৪৮।

---

মণিপুরী—রাজর্ষিজনকন রামগীদমক চন্দ্রিকাগী অধিদেবী মালবী সনাগী মচুগুম্ন য়েংবদ পুক্নিং হুরবী মচানুপী সীতাবু সম্প্রদান তৌখি। (মতম অদুদ রামগী ওইদ সীতান কম্বদি মরীশাংনা চত্তুনা সনাগী মচু মালবী উরীন চীং গুউ পাম্বিদ য়েৎপগুম্নি। অকাশদগী নাস্থরক্লুনা শাংবান্নব অতিয়াগী ময়োক্ত চুমথাং খানবগুম নিংথিজরবী সীতবু রামগীদমক পীখি। অদুগ ভরতগীন মাণ্ডবী, লক্ষ্মণগীন উর্মিলা শত্রুঘ্নগীন শ্রুতকীর্তি মখোইশিং অসিসু লুহোংখি।৪৭।

সুপ্রাপ্তমাসাদিতসংমদং তব
বন্দারুভিঃ সংস্তুতমভ্যযোধ্যম্ ।
অশ্বীয়রাজন্যকহাস্তিকাঢ্য
মগাৎ সরাজং বলমধ্বনীনম্ ॥ ৪৯॥
বিশঙ্কটো বক্ষসি বাণপাণিঃ
সম্পন্নতালদ্বয়সঃ পুরস্তাৎ ।
ভীষ্মো ধনুষ্মানুপজান্বরত্নিঃ
রৈতিস্ম রামঃ পথি জামদগ্ন্যঃ ॥ ৫০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—সুপ্রাপ্তং — নিংখিরবা অয়ুক, আসাদিতসংমদং—হয়াওব পুম্নমক লোইনন, বন্দারুভিঃ—স্তুতি তৌরিবশিংন, সংস্তুবন্—স্তুতি তৌরছুন, অশ্বীয়রাজন্যকহাস্তিকাঢ্যম্—ক্ষত্রিগী ওইব শগোল শামু পুম্নমক লোইনন, অধ্বনীনং—লম্বী চৎপ হৈরবা, তৎ—অদুগুম্ব, বলং তেঙ্গোম্ব, সরাজং—নিংথৌগ লোইনন, অভ্যযোধ্যম্—অয়োধ্যা লোমদ্র মাই ওন্দুন, অগাৎ—চৎখি ॥ ৪৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—বক্ষসি—থবাক্ত, বিশঙ্কট—ফজ্জব, বাণপাণি—তেন পাইরব, সম্পন্নতালদ্বয়সঃ--কোনাপাম্বী অচৌবগুম্ব, ভীষ্মঃ—অকিরগী মশক ওইন, ধনুষ্মান্—ল্রীরুং পাইরব, উপজান্বরত্নিঃ—পাম্বোম্ব খুউ য়োন চোল্লব, জামদগ্ন্যঃ—জমদগ্নিগী মচা, রামঃ—পরশুরামন, পথি—লম্বিদ, পুরস্তাৎ—মাংদ, ঐতিস্ম—লাকখি ॥ ৫০ ॥

---

মণিপুরী—অদুগী তুংদা শ্রী পুম্নমকী অফব থবক্ত হৌরকব রামন, কুরুখম্ভ থুদেকপদগী ফংলকপ মুশাগী ওইব অফব লক্ষণ পুম্নমক তিক্কবী মণিমুক্তা সম্না নিংথিরক্ত লৈতেংলবী রঘু শাইগী অগোইবী শীতাবু লুংহাংখি । ৪৮ ॥

উচ্চৈরসৌ রাঘবমাহ্বতেদং
ধনুঃ সবাণং কুরু মাতিযাসীঃ।
পরাক্রমজ্ঞঃ প্রিয়সস্তুতিস্তং
নম্রঃ ক্ষিতীন্দ্রোঽনুনিনীষুরূচে ॥ ৫১ ॥

অন্বয়ানুবাদ — অসৌ—পরশুরামন, রাঘবং—রামচন্দ্রবু, উচ্চৈঃ—খোঙ্গেন খাংনা, আহ্বত—কৌখি, ইদং—অসিগুম্ব, ধনুঃ—লীরুংব, সবাণং—তেনগ লোইনববু, কুরু—তৌরো মাতি যাসী—হেন্দোক্লুন চৎখিগনু- পরাক্রমজ্ঞঃ—পরশুরামগী মথৌনা খংলব, প্রিয়সস্তুতিঃ—মচা নিংলব, ক্ষিতীন্দ্রঃ—দশরথ নিংথৌন, তং—পরশুরামবু, নম্রঃ—নোল্লুক, অনুনিনীষু—অনুনয় তৌগে হায়নিংদুন, উচে—হায়খি ॥ ৫১ ॥

---

মণিপুরী —অপেনব ওইরব অযুক স্তুতি তৌব পুম্নমক স্তুতি তৌরদুনা, নিংথৌগী ওইব শগোল শামু রথ অমসুং লানমি পুম্নমক লোইনন, নিংথৌনচিংব অঙম অথৌ পুম্নমক অযোধ্যা লোমদ মাই ওন্দুন চৎখি। ৪৯।

থবাক্ষ ফল্লব য়েংবদ অচৌব কোনা পাখীগুম্নব আজানু লম্বিত ভুজ ওইরব পাম্বোম্ন লীরুং পাইদুন লাক্লিব, অকিবগী মশক ওইরব জমদগ্নিগী মচা পরশুরামন লম্বিদ তেঙ্গোনশিংগী মমাংদ লাকখি।৫০।

পরশুরামন খোঙ্গেল খাংন রামচন্দ্রবু কৌরদুন ( লান তৌনব-গীদমক হায়খি। হে দাশরথে! নংন ঐগী খুত্ত পাইরিব ( বৈষ্ণব ) লীরুং অসিদ ( লীরী চন্দুন ) ঐগী খুত্ত পাইরিব তেন অসি সংযোগ তৌব গুম্নবদি নং অকনবনি হায়ব য়াগে, ( নত্রবদি মফম অসিদগী খোংকাপ অম ফাওব থাংদুন চৎহল্লোই। ( বা অসি তাবগ ) মচা

অনেকশো নির্জিতরাজকস্ত্বং
পিতৄন তাপ্সীর্নৃপরক্ততোয়ৈঃ।
সংক্ষিপ্য সংরম্ভমসদ্বিপক্ষং
কাস্থার্ভকেঽস্মিংস্তব রাম রামে ।৫২।

অজীগণান্দাশরথং ন বাক্যং
যদা স দর্পেণ তদা কুমারঃ।
ধনুর্ব্যকার্ক্ষীৎ গুরুবাণগর্ভং
লোকানলাবীদ্বিজিতাংশ্চ তস্য ।৫৩।

অন্বয়ানুবাদ :—হেরাম—হে পরশুরাম! ত্বং—নহাক্ন, অনেকশঃ—হয় হয়, নির্জিতরাজকঃ—নিংথৌমচা পুম্নমক জয় তৌদুনা. নৃপরক্ততোয়ৈ—নিংথৌশিংগী ঈন ঈশিং ওইদুনা, পিতৄন্—পিতৃলোক পুম্নমকপু, অতাপ্সী—পেলহনখি, অসদ্বিপক্ষম্—(নহাক্কী) য়েক্লব অমত্ত লৈতে মম্ম অসিন, সংরম্ভং—অশাওববু, সংক্ষিপ্য—ফাজিল্লু, অর্ভকে—অঙাং ওইরিব, অস্মিন্—অসিগুম, রামে—রামদ, তব—নহাক্কী, কা আস্থা—শাওকম থোক্কে।৫২।

মণিপুরী :—নিংলব দশরথন পরশুরামগী মথোনা অমসুং মপাঙ্গল পুম্নমক নিংশিংলুরগ য়ারিব মথৈ হায়জদুন (মাগী অশাওব অসি নেমহলগে খল্লদুন) মথাদ হায়রকদোরিব বাহৈশিং অসি হায়খি ॥৫১॥

দশরথন হায়খি হে ভৃগুনন্দন! নহাক্ন ক্ষত্রি শাগৈ পুম্নমক কুনমাথোইরক হয় কক্তুন, মথোইগী ঈতন ঈশিং ওইদুন পিতৃলোক পুম্নমক তর্পন কক্তুন পেলহনপ্রবনি। মম্ম অসিন হৌজিক নহাক্কী য়েক্লব অমত্তসু লৈত্রে, করিগী শাওবিরিবনো, অশাওব পুম্নমক থাদোকপিয়ু, রাম অসিদি নৌরিব অঙাংনি, মহাক অসিবু নহাক্ন মাইথিব পীনবগীদমক্ লান তৌনবগী থৌরাং তৌরিবয়? ।৫২।

জিতে নৃপাস্ত্রৌ সুমনীভবন্তি
শব্দায়মানান্যশনৈরশঙ্কম্ ।
বৃদ্ধস্য রাজ্ঞোঽনুমতের্বলানি
জগাহিরেঽনেকমুখানি মার্গান্ ॥৫৪॥

অন্বয়ানুবাদঃ---যদা—মতম অতুদ, সঃ—পরশুরামন, দর্পেণ - নাপলন মরম ওইদুন, দাশরথং — দশরথগী ওইব, বাক্যং—বাহৈবু, ন অজীগণৎ— শিংথাখিদে ( লৌখিদে ) তদা—মতম অতুদ, কুমারঃ — রামচন্দ্রন, গুরুবানগর্ভং—মগুণ লৈরব তেনগ লোইনরব, ধনুঃ—লীরুংদ তেনগা থোংলদুন, ব্যকার্ষীৎ—লীরী চিংখি, বিজিতান্—পুণ্যন জয় ওইরব, তস্য — পরশুরামগী, লোকাংশ্চ — পুণ্যগী মফম খুদিংদসু, অলাবীৎ — ককুথৎখি ॥৫৩॥

নৃপাস্ত্রৌ—ক্ষত্রিয়গী য়েক্কব (পরশুরামবু) জিতে—ওয়রদ, সুমনী ভবন্তি —হরাওনখি, অশনৈঃ—কয়, অশঙ্কং—চিংনব লৈতন, শব্দায়মানানি —জয়ধ্বনি লাওরদুন, বলানি—তেঙ্গোন পুম্নমক, বৃদ্ধস্য—অহল ওইরব রাজ্ঞঃ- দশরথগী অনুমতেঃ — য়াথং লৌদুন, অনেকমুখানি মার্গান্— লমলোং কয়া ফাংলুব লম্বীদ, জগাহিরে —চৎখি ।৫৪।

---

মনিপুরী—মতম অতুদা ( দশরথন চংজরক্কব অতুদ ) পরশুরামন নাপলন থুমহৎখিদুন, নিংথৌগী বাহৈশিং অদু তাখিদে, ( লৌখিদে ] মতম অতুদ [ হায়বদি দশরথন নোনজব বাহৈন হায়জক্কবদ, য়ারক্কব মতম অতুদ ] রামচন্দ্রন ! জয় পরাজয়, য়েংলগে শিংনদুন ] লীরুংদ মগুণ লৈরব তেঙ্গ তেঙ্গা থোংদুন কাপখি। পুণ্যন জয় ওইরব পরশুরামগী হকচাং পুম্নমক থেঙ্গা য়াদুন মাইথিব পীখি ॥৫৩॥

অথ পুরুজবযোগান্নেদয়ৎদরসংস্থং
দবয়দতিরয়েণপ্রাপ্তমুর্বীবিভাগম্ ।
ক্রমরহিতমচেতন্নীরজীকারিতক্ষ্মাং
বলমুপাহিতশোভাং তূর্ণমায়াদযোধ্যাম্ ॥৫৫॥

ইতি শ্রীভট্টীকাব্যে প্রকীর্ণকাণ্ডে সীতাপরিণয়ো
নাম দ্বিতীয়ঃ সর্গঃ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ— অথ— লম্বী শাংন লাক্লবগী তুংদ, পুরুজবযোগাৎ— কন্ন-চেন্নখিবন, দূরসংস্থং---অরাপ্প মফমবু, নেদয়ৎ---অনকপ ওইন, প্রাপ্তম্---ফংখি ( উখি ) উর্বিভাগং---পৃথ্বীগী শরুকপু, অতিরয়েণ---কন্ন চেনবন, দবয়ৎ---লাপথোকখি, ক্রমরহিতম্ – অবাব নৈতন, অচেতৎ – ( অসুক লাপ্পলাক্লে হায়ব ) খংখিদে, বলঃ— তেঙ্গোলন, নীরজীকারিতক্ষ্মাং— পৃথ্বীদ উফুল নৈতন, উপহিতশোভাম্— ধ্বজ পাতকানচিংব পুন্নমক নৈতেংলব, অযোধ্যাং— অযোধ্যাদ, আয়াৎ— লাকৃখি ॥৫৫॥

ইতি ভট্টীকাব্যে অন্বয়ানুবাদে প্রকীর্ণকাণ্ডে সীতাপরিণয়ো
নাম দ্বিতীয়ঃ সর্গঃ ॥

---

মণিপুরী— ক্ষত্রিগী মেক্লব পরশুরামবু জয় তৌরবদ, তেঙ্গোন পুন্নমক হরাওনখি। রামন জয় ওইরে হায়তুন জয়ধ্বনি লাওতুন রামগী মঙ্গল পীখি। অতুগী তুংদ অহলওইরব দশরথ নিংথৌগী য়াথং লৌতুন লমলোং ময়াম ফাংলব লম্বীদ মীপুন্নমক চৎনখি।৫৪।

লম্বীশাংন লাক্লবগী তুংদ, মীয়াম পুন্নমক অতুন কন্ন চেন্নখিবন অরাপ্প মফমবু থুনমক্ কনশিল্লকই। অনকপ মফমবুন থুন লাপথোকখি, অসুম্ন অসুক য়াম্ন থাপ্প লাক্লে হায়বসু খংখিদে, ( মতৌ অসুম্ন লাকপন অযোধ্যা সহরগী লম্বী পুন্নমক ঈশিং চাইতুন ) উফুল হৌদ্রব, ফিরান্-

## তৃতীয়ঃ সর্গঃ

বধেন সংখ্যে পিশিতাশনানাং
ক্ষত্রান্তকস্যাভিভবেন চেব
আঢ্যম্ভবিষ্ণুর্যশসা কুমারঃ
প্রিয়ম্ভবিষ্ণুর্ন স যস্য নাসীৎ ।১।
ততঃ স্বচেতীকৃতপৌরভৃত্যো
রাজ্যেঽভিষেক্ষ্যে সুতমিত্যনীচৈঃ ।
আঘোষয়ন্ ভূমিপতিঃ সমস্তং
ভুয়োঽপি লোকং সুমনীচকার ॥২॥

অন্বয়ানুবাদঃ – সংখ্যে – লানফমদ, পিশিতাশনানাং---হিংচাবশিংবু, বধেন – হাৎপন, ক্ষত্রান্তকস্য – পরশুরামবু, অভিভবেন চৈব – মাইথিহনবনসু, যশসা – মিংচৎন, আঢ্যম্ভবিষ্ণুঃ – চাওখত্তবদগী চাওখৎহনগে নিংঙ্গুন, কুমারঃ – রামবু, যস্য – মীপুম্নক, প্রিয়ংভবিষ্ণুঃ – চান্নদবদগী চান্নব ওইব, ন – লৈতে, সঃ – রামন ( চান্নদবস ), নআসীৎ – লৈবমদে, ।১।

---

মণিপুরী :—শিংনসু লৈতেংলিব অযোধ্যা কোনুংদ মীয়াম পুম্নমক য়ৌখি ॥৫৫॥

ভট্টীকাব্যগী প্রকীর্ণকাণ্ডদ সীতা লুহোংবগী অনিশুব সর্গগী মণিপুরী অনুবাদ লোইরে ॥

মণিপুরী – বিশ্বামিত্র মুনি যজ্ঞ ভাকপগী ] লানফমদ হিংচাবশিংবু হাৎপনে, পরশুরামবু মাইথিব পীবনে, পুম্নমক্ অসিদ রামচন্দ্রগী মঙ্গল অসি, চাওখৎহনগে নিংঙ্গুন, রামবু মীপুম্নমক চান্দব লৈতে। অদুগ রামনসু চান্নদব লৈরমদে ।১।

আদিক্ষদাদীপ্তকৃশানুকল্পং
সিংহাসনং তস্য সপাদপীঠম্।
সন্তপ্তচামীকরবল্গুবজ্রং
বিভাগবিন্যস্তমহার্ঘরত্নম্ ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ--ততঃ – অদুগী তুংদ, সুচেতীকৃতপৌরভৃত্যঃ – পুক্লিং নুংঙাইরব কোন্নুংগী মীপুম্নমক্ক, ভূমিপতিঃ – নিংথৌন, ( দশরথন ] সুতং – রামবু, রাজ্যে--নিংথৌগী থবক্ক, [ নিংথো ওইনব ] অভিষেক্যো – অভিষেক তৌরগে, ইতি – অসুম, অনীচৈঃ – খোঞ্জেল বাংন [কন্ন ] আঘোষয়ন্ – নিন্‌হনখি, ভূয়োঽপি – অমুকসু, সমস্তং লোকং – মীপুমমক্ক, সুমনীচরকা – পেন্নখি ।২।

তস্য—রামগী, আদীপ্তকৃশানুকল্পং – চাক্লব মৈগী মচুগুম্নব, সন্তপ্তচামীকরবল্গুবজ্রম্ – ফুদোংলব সনা, নিংথিরবহীবাখিবিক্ক লৈতেংলব, বিভাগবিন্যস্তমহার্ঘরত্নম্ – অতোপ্ অতোপ্প মফমদগী মমল য়াম্নব মণিন হৎলব, সপাদপীঠম্ খোংথাঙ্গৎনবগ লোইনবব, সিংহাসনং—নিংথিজরব সিংহাসনবু, আদিক্ষৎ – (থৌবাং তৌবে হায়ন) য়াথং পীখি ।৩।

---

মনিপুরী – অদুগী তুংদ কোন্নুগী অঙম অথৌনচিংব, প্রজা পুমমকন রামগী মগুণ তারগ নুংঙাইখি। দশবথন বামবু নিংথৌ ওইনবগী অভিষেক তৌরগে হায়ন মীপুম্নমক খংহনখি। রামন নিংথৌ ওইরগনি হায়ব অসি তারগ, প্রজাপুম্নমক্কী পুক্রংদ, অমুকসু অপেনব হেনগৎখি [ য়ামন পেন্নখি ] ।২।

অচাকপ মৈগুম্ন ঙাংন ফুদোংলব সনা, অদুগ নিংথিরব হীরাখিবিক্ক লৈতেংলব, অতোপ্ অতোপ্প লমদগী মমল য়াম্নব, মণিন

প্রাস্থাপয়ৎ পূগকৃতান্ স্বপোষং
পুষ্টান্প্রয়ত্নাৎদৃঢ়গাত্রবন্ধান্
সভর্ম্মকুন্তান্পুরুষান্সমন্তাৎ
পংকাষিণস্তীর্থজলার্থমাশু ॥৪॥
উক্ষান্প্রচক্রুর্নগরস্য মার্গান্
ধ্বজান্ববন্ধুর্মুমুচুঃ প্রধূপান্।
দিশশ্চ পুষ্পৈশ্চকরুর্বিচিত্রৈ-
রর্থেষু রাজ্ঞা নিপুণা নিযুক্তাঃ ॥৫।

অন্বয়ানুবাদ :—পূগকৃতান্—পৈত্নন থম্নব, স্বপোষং পুষ্টান্—মশাগী লল থুম্ন য়োক্লব, দৃঢ়গাত্রবন্ধান্—মপাঙ্গল কল্লবশিংবু, সভর্ম্মকুন্তান্—সনাগী চফুগ লোইনন, পংকাষিণঃ—খোংন চত্তুন পুরুষান্—নিপাশিংবু, তীর্থজলার্থং—তীর্থগী ঈশিং লোক্লনবগীদমক, সমন্তাৎ — মাইকৈ পুম্নমক্ত, আশু — থুন, প্রয়ত্নাৎ — যতন তৌন পুরক্লবগীদমক, প্রাস্থাপয়ৎ — চৎহনখি।৪।

অর্থেষু—তৌগদৌব মরম পুমমক্ত নিপুণাঃ—হৈশিংলবশিংবু, রাজ্ঞা —দশরথন, নিযুক্তাঃ—থৌদারিব, পুরুষাঃ—মীশিংন, মার্গান্ — লম্বী

---

মণিপুরী — হত্তুন শেম্লব খোংথাঙ্গৎনব পাদপীঠ, নিংথিরব রাজসিংহাসন, অনি অসি শেম শানব খোবাং তৌরো হায়ন যাথং পীখি।৩।

পৈশিন্দুন থম্লব নিংথৌগী মরম্ন য়োক্তুন মপাঙ্গল কল্লবশিংবু, মখোংন চত্তুন তীর্থগী ঈশিং শোকলুনবগীদমক, সনান শাব চফু পুত্নন মাইকৈ পূম্নমক্ত য়ামন থুন যতন তৌন পুরক্লবগীদমক চৎনহখি। ॥৪॥

মাতামহাবাসমুপেয়িবাংসং
মোহাদপৃষ্ট্বা ভরতং তদানীম্ ।
তং কেকয়ী সোঢুমশক্নুবানা
ববার রামস্য বনপ্রয়াণম্ ।৬।

অন্বয়ানুবাদ—পুন্নমকপু, উল্কাস্প্রচক্রুঃ—শিত্তোকখি, ধ্বজান্ — ফিরান্ ময়ামবু, ববন্ধুঃ—য়ুংখি, ধধুপান্—অকাশ য়ৌন মৈথু পুন্নমকপু, মুমুচুঃ থাদোকখি, দিশশ্চ—মাইকৈ পুন্নমক্তসু, বিচিত্রৈঃ—মথন মথনগী, পুষ্পৈ —লৈখিবিক্ত, চকরুঃ—চাইথোকখি ।৫।

তং—রামবু অভিষেক্ তৌরগনি হায়ব অসিদ, সোঢুং—খাংবনু অশক্নুবানা—ঙমদ্রবী, কেকয়ী — কৈকেয়ীন, তদানীং — মতম্ অদুদ (মমাংঙৈগী বর অদু নিনবগী মতম্ ওইরে খল্লদুন) মাতামহাবাসং —মমা পোকপ মপুগী মনাক্ত, উপেয়িবান্—চৎপ্রব, ভরতং—ভরতবু, মোহাৎ পংবদগী, অপৃষ্ট্বা—হংলুদন, রামস্য—রামন, বনপ্রয়াণম্—বনদ-চৎননব, ববার—হায়জখি (বর নিখি) ।।৬।।

---

মণিপুরী—দশরথ নিংথৌন থবক ওবদ হৈরব মীপুন্নমক্পু থৌদাঙ্গুন (কোনুংগী অকোইবদ লৈরিব) লম্বী পুন্নমক্ শিত্তোক্হন্খি। অদুগ লম্বীগী নাক্-য়েত্ত ফিরান য়ুংহন্খি। মৈখুন অকাশ য়ৌন থাগৎখি, মচু খুদিংগী লৈপুন্নমক্ত মাইকৈ পুন্নমক্ত চাইথোকখি ॥৫॥

রামবু অভিষেক তৌরগনি হায়ব অসি তারগ থাংব ঙমদ্রবী কৈ-কেয়ীন, মতম অদুদ (মাগী মমাংঙৈদ দশরথদগী নিগদব লৈখিব বর, মতম্ ওইরে খল্লদুন) মমা পোক্‌প মপু [কেকয়নিংথৌগী] মনাক্ত লৈরব ভরতগী পাও লোহৌদন, ইপং পংন রামন বনদ চৎনব, [ভরতবুন নিংথৌ ওইনব] বর অনি অসি নিখি ॥৬॥

কর্ণেজপৈরাহিতরাজ্যলোভা
স্ত্রৈণেন নীতা বিকৃতিং লঘিম্না।
রামপ্রবাসে ব্যমৃশন্ন দোষং
জনাপবাদং সনরেন্দ্রমৃত্যুম্ ॥৭॥

বস্তূনি দেশাংশ্চ নিবর্ত্তয়িষ্যন্
রামং নৃপঃ সঙ্গিরমান এব।
তয়াবজজ্ঞে ভরতাভিষেকো
বিষাদশঙ্কুশ্চ মতৌ নিচখ্নে ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদঃ—কর্ণেজপৈঃ—[ মন্থরা কোবী মনাইগ ] নাকোংচিক্র বা তান্নহুন, আহিতরাজ্যলোভা — হায়রিব রাজ্যপদ পান্বন, স্ত্রৈণেন — নুপীগী বাখল্ল, লঘিম্না—অপিকপ ওইবন, বিকৃতিং—ওয়্ল তৈনব মতৌবু, নীতা — ফংখি, রামপ্রবাসে — রামন বনদ চৎপ্রবদ, সনরেন্দ্রমৃত্যুং— দশরথ শিবগ লোইনন, জনাপবাদং—মীন নিন্দা তৌনগদৌব, দোষং —দোষবু, ন ব্যমৃশৎ খন্‌খিদে ॥৭॥

নৃপঃ—নিংথৌন, রামং—রামচন্দ্রবু, নিবর্ত্তয়িষ্যন্—বনদ চত্তনবগী- দমক, বসূনি—লন্ কয়ামুক্ক, দেশাংশ্চ—দেশ কয়ামুক্কসু, সঙ্গিরমাণএব

---

মণিপুরী—কৈকেয়ীন মন্থরা কোবা মনাই নুপীগ নাকোং চিক্র বা তান্নহুন খন্নখি। নিংথৌগী খুবম্ পান্ব অমসুং অপিকপ নুপীগী পুকচেল ওইবন, ওয়্ল তৈনব বাখল কয়া ফংখি। [ মরমদি ভরতন নিংথৌ ওইবগী নুংঙাব, বাখল অদুত খনখি ]। রামন বনদ চৎপ্রগ, রাম কাইনবগী অরাবন দশরথ নিংথৌন, শিখিবগ লোইনন মীপুম্‌নমক্ক থিন ঙাংনগদৌব, অমসুং নিন্দা তৌনগদৌব দোষ পুম্‌নমক্ক অমত্ত খন্‌খিদে ॥৭॥

ততঃ প্রবিব্রাজয়িষুঃ কুমার-
মাদিক্ষদস্যাভিগমং বনায় ।
সৌমিত্রিসীতানুচরস্য রাজা
সুমন্ত্রনেত্রেণ রথেন শোচন্ ॥৯॥
কেচিন্নিনিন্দুর্নৃপমপ্রশান্তং
বিচুক্রুশুঃ কেচন সাস্রমুচ্চৈঃ ।
ঊচুস্তথান্যে ভরতস্য মায়াং
ধিক্কেকয়ীমিত্যপরো জগাদ ॥১০॥

অন্বয়ানুবাদঃ— [ হে দেবি ! হায়রিব ময়াম অসি পীগে হায়দুন ] খংহল্লবদসু, তয়া --- কৈকেয়ীন, অবজজ্ঞে - থবোইখিদে [ য়াখিদে ] ভরতা ভিষেকঃ— ভরতপু অভিষেক তৌবিয়ু হায়ব অসিগী, বিষাদশঙ্কুশ্চ --অবাবগী তাশোন্নসু, মতৌ— থমোইদ, নিচখ্নে— থিন্ত্রে ॥৮॥

ততঃ—অদুগী তুংদ, রাজা—দশরথন, কুমার – রামবু, প্রবিব্রাজয়িষু —চৎহন্গে নিংদুন, সৌমিত্রিসীতানুচরস্য— লক্ষ্মণগা সীতাগ লোইন-রদুন, অস্য—রামবু, সুমন্ত্রণে—সুমন্ত্র সারথিন, রথেন – রথন, বনায় বনদ, অভিগমং — চৎননবগী, শোচন্ – বান, আদিক্ষৎ – য়াথং পীখি ॥৯॥

---

মণিপুরী—দশরথ নিংথৌন রামবু বনদ চত্তনবগীদমক কৈকেয়ীদ, লল থুম্ কয়া, দেশ কয়াসু, পীগে, ( রামন বনদ চৎপ অসিতদি হায়গনু ) হায়দুন থেম্লবদসু য়াখিদে। ভরতবু নিংথৌ ওইনবত হায়খি । অসি হেক্ তাবদ অবাবগী খাংভমত্রব তাশোন্ন নিংথৌগী থমোইদ থিনত্রে ।৮।

অদুগী তুংদ দশরথ নিংথৌন রামবু, বনদ চৎহনগ্রগে নিংলদুন সীতা অমসুং লক্ষ্মণগ লোইনন, সুমন্ত্র কৌব সারথিন, রথমথক্ত পুদুন চৎননবগীদমক অবাব কয়াগ লোইনন য়াথং পীখি ॥৯॥

গতো বনং শ্বো ভবিতেতিরামঃ
শোকেন দেহে জনতাতিমাত্রম্
ধীরাস্তু তত্র চ্যুতমন্যবোঽন্যে
দধুঃ কুমারানুগমে মনাংসি ।।১১।।

অন্বয়ানুবাদ :—কেচিৎ—কনাগুম্বমীন, অপ্রশান্তং—তপথবলৈত্রব, নৃপং—দশরথবু, নিনিন্দুঃ—নিন্দা তৌনখি, কেচন—কনাগুম্ব অমন, সাস্রম্ পীগ লোইনন, উচ্চৈঃ—খোঞ্জেল য়াংন বিচুক্রুশুঃ—কপনখি, তথা—অমদি, অন্যে—অতোপ্প মীন, ভরতস্য—ভরতগী, মাযাং—মায়াননি হায়ন উচুঃ—হায়খি, অপরঃ—অতৈন—কেকয়ীং—কৈকেয়ীবু, ধিক্ চৈরহুন, ইতি—অসুম্ন, জগাদ—হায়খি ।।১০।।

রামঃ—রামন, শ্বঃ—হয়েং, বনং—বনদ, গতঃ ভবিত—চৎখ্রগনি, ইতি শোকেন—অবাব অসিন, জনতা—মীপুম্নমক, অতিমাত্রং—থোইদোক্ন, দেহে—বানখি, তত্র—মতুদ, ধীরাঃ—অতপ্প মীশিংন, চ্যুতমন্যবঃ (সন্তঃ) অবাব থাদোক্তুন, কুমারানুগমে—রামচন্দ্রগী তুংইন্দুন চৎকনি হায়ন, মনাংসি—পুক্লিংদ, দধুঃ—নিংখি ।।১১।

মণিপুরী—কনাগুম্ব প্রজান [ রামন বনদ চৎখ্রগনি হায়ব অসি তাবদ অবাব ওইরিব, নিংথৌবু নিন্দা তৌনখি। কনাগুম্ব অমন, [ রাম কাইনরগনি হায়বগী অবাবন ] মিৎলুদগী পী শিন্থহুন, খোঞ্জেল বাংন কপখি। কনান হায়খি, ভরতগী মায়ানা থোক্লিবনি, অহুগ অতৈ অমন কৈকেয়ীবু অথিব বাহৈন চৈনখি ।।১০।।

রামচন্দ্রন হয়েং দি বনদ চৎখ্রগনি, হায়ব অসিগী অবাবন মী পুম্নমক্কী পুক্লিংদ চাক্লখি। অহুগ বাখল লৈব অতপ্প মীশিংন অবাব কয়া থাদোক্তুন, [ হয়েং রামন বনদ চৎপ অসিদ ঐখোইস্ন ] মতুং ইন্দুন চৎখ্রগে হায়ন পুক্লিংদ নিংনখি ।।১১।।

প্রস্থাস্যমানাবুপসেদুষস্তৌ
শোশুচ্যমানানিমূদচতুস্তান্ ।
কিং শোচতেহাভ্যুদয়ে বতাস্মান্
নিয়োগলাভেন পিতুঃ কৃতার্থান্ ।১২॥
অসৃষ্ট যো যশ্চ ভয়েষ্ বরক্ষীৎ
যঃ সর্ব্বদাস্মানপুষৎস্বপোষম্ ।
মহোপকারস্য কিমস্তি তস্য
তুচ্ছেন যানেন বনস্য মোক্ষঃ ।।১৩॥

অন্বয়ানুবাদ :—প্রস্থাস্যমানৌ – বনদ চৎকদৌরিব, তৌ — রাম লক্ষ্মণ অনিন, উপসেদুষঃ — মনাক্তা লাক্লিব, শোশুচ্যমানান্ — য়াম্ম য়ারব তান্—মী পুম্নমক্ত, ইদং — হারক্পদোবিবশিং অসি, উচতুঃ — হায়খি, (হে জনাঃ—হে মীপুম্নমক।) পিতুঃ—ইপাগী, নিয়োগলাভেন—য়াথং ফংবন কৃতার্থান্—তোগদব ইথৌনি, অস্মান্—ঐখোয়্রন, (অশোচ্যান্ য়ারোইদবনি) ইহ-অভ্যুদয়ে—চাওখৎলব অসিদ, কিং- করিগীদমক, শোচত—ৱাকুগদগে, বত—অঙকৃপনি ॥১২॥

যঃ—ইপান, অস্মান্ - ঐখোইবু, অসৃষ্ট—পোকপিখি, যঃ—ইপান, ভয়েষু—অকিবদা, অরক্ষীৎ—কনবিখি, যঃ—ইপান, সর্ব্বদা—মতম পুম্নমক্ত, স্বপোষম্—মরলম, অপুষৎ—য়োকপিখি, তস্য—ইপাগী মহোপ-কারস্য—য়াম্নকান্নব ওইব, [ইপাগীদমক] তুচ্ছেন—খজিক্ত ওইবু, বনস্য বনদ, যানেন—চৎপন, মোক্ষঃ—লমল্ শিংব অস্তি কিং—ওইগদর ॥১৩॥

---

মণিপুরী—রাম লক্ষ্মণন বনদ চৎলমদাইগী মতমদ, অয়াবগ লোইনন লাক্লিব, মীপুম্নমক্ত অসুম্ন হায়খি। হে প্রজা পুম্নমক! ইপাগী য়াথং ফংলিব, অহু ঙাকপন চাওখৎলব, তোগদব ইথৌমক্লি, মহুদ ঐখোইন

বিদ্যুৎপ্রণাশং স বরং প্রনষ্টো
যদ্বোর্ধ্বশোষং তৃণবদ্বিশুষ্কঃ ।
অর্থেহপ্যুরাপে কিমুত প্রবাসে
ন শাসনেহবাস্থিত যো গুরূণাম্ ॥১৪॥

অন্বয়ানুবাদ :—উতপ্রবাসে কিং—লংফৈ চৎপগী ৱা অসিনদি কবি হায়গনি ?, দুরাপেহপি — ৱান হোৎনয়গস্সু পাংথোক্লপ ঙমগদব, অর্থে — তৌগদব বিষয়দ, যঃ [কনাগুম্ব] মীন, গুরূণাং—গুকজনশিংগী, শাসনে—য়াথংবু, ন অবাস্থিত— লৈত্রব [ঙাক্লব] সঃ — মীদুন বিদ্যুৎপ্রণাশং—নোংথাংন মাংরগুম্ন, প্রনষ্টঃ—মাংখিবন, বরং—ফৈ, যদ্বা—অদু নত্রগ, তৃণবৎ—নাপীগুম্ন, উর্ধ্বশোষং—অৱাংবদ থাঙ্গত্তুন কংলব অদুন, বিশুষ্কঃ—নিংথিন কংখিবন, বরং—ফৈ ॥১৪॥

---

মণিপুরী — ৱারুগদৌব নত্তে। মসিদ নখোই পুন্নমক্ক ৱারিব অসি অঙকপনি ॥১২॥

হে প্রজা পুন্নমক। ইপান ঐখোইবু পোকপিরি, ইপাগী মবল মথুম্ন, চাওনব য়োকপিরি। অদুগ [মতম পুন্নমক্ক মচাগী ফনবত খন্দুন] অৱাব কয়াদগী কনবিরি। অসিগুম্ব য়াম্ন কান্নব উপায় তৌরিব, ইপাগীদমক্ পিকপ্রব থবক, বনদ চৎপ অসিনবু লমল্ শিংব ওইব য়াবর ? ॥১৩॥

[হে প্রজা পুন্নমক!] কনাগুম্ব মীন, মমা মপানচিংব, গুরু শিংগী য়াথং পাংথোকপ ঙমদ্রবদি, নোংথাংগী মঙালগুম্ন, খুদক্ক মাংখিবন [শিখিবন] ফৈ। অদুগ্ নাপীন, অৱাংবদ থাঙ্গত্তুন নিংথিন কংহল্লবগুম্ন [দেহ অসি কংহন্দুন শিখিবনসু] হেন্ন ফৈ, (হন্দক্ ঐন ইপাগী য়াথং ঙাক্লব] বনদ চৎপ অসিদি করি হায়গনি, [করিসু লৈব থবক নত্তে] ॥১৪॥

পৌরা নিবর্ত্তধ্বমিতি ন্যগাদীৎ
তাতস্য শোকাপনুদা ভবেত।
মা দর্শতামস্য ভরতশ্চমন্তো
নিবর্ত্তয়েত্যাহ রথং স্ম সূতম্ ॥১৫॥
জ্ঞাত্বেঙ্গিতৈর্গতরতাং জনানা-
মেকাং শয়িত্বা রজনীং সপৌরঃ।
রক্ষন্ বনেবাসকৃতান্ ভয়াত্তান্
প্রাতশ্ছলেনাপজগাম রামঃ ॥১৬॥

অন্বয়ানুবাদ :— হে পৌরাঃ — হে পুরবাসি পুম্‌নমক! নিবর্ত্তধ্বং — হল্লো, তাতস্য—ইপাগী, শোকাপনুদাঃ—অবাব কোকপ, ভবেত—ওইব য়াই, ভরতং—ভরতবু মন্তঃ—ঐগোন্দগী, অংাং — তোংঙানবনি হায়ন, মাদর্শত—উরুগনু [ খল্লগনু ] ইতি—অসুম্, ন্যগাদীৎ—হায়খি, সুতংচ —সারথিবুসু রথং—কাংবু, নিবর্ত্তয়---হল্লো, ইতি---অসুম্‌ন আহস্ম — হায়খি ॥১৫॥

রামঃ---রামন, ইঙ্গিতৈঃ---প্রমাণন, বাখল্ল, জনানাং—মীপুম্‌নমক্ক গতরতাং—ঐগ লোইনদুনা চৎকদোবে হায়ব, জ্ঞাত্ব — খংলদুনা, সপৌর [ সম্ ] পুরবাসি পুম্নমক লোইনন, একাং রজনীং---অহিং অমা, তান্-- মখোই ময়ামবু, বনেবাসকৃতান্---বনদ লৈবগী হৌনব, ভয়াৎ--অকি-বদগী, রক্ষন্---ঙাক্লদুনা, শয়িত্বা — তুম্লগ, প্রাতঃ—অয়ুক্ক, ছলেন — ছল তৌদুনা, অপজগাম—চৎখি ॥১৬॥

---

মণিপুরী---হে পুরবাসি পুম্‌নমক! নখোই হল্লো, নখোইন হনগ্রগ ইপাগী অবাব কোকপসু য়াই। অদুগ [ ইনাও ] ভরতবু ঐমক্তি হায়ন নিংঙু। হে সারথি মহাক্সু কাং অদু পুদুনা হল্লো অসুমন ( লাক্লিব মী পুমমক্ক ) হায়খি ॥১৫॥

অস্রাক্ষুরস্রং করুণং রুবন্তো
মুহুর্মুহুর্ন্যশ্বসিষুঃ কবোষ্ণম্।
হা রাম হা কষ্টমিতি ব্রুবন্তঃ
পরাঙ্মুখৈস্তে ন্যবৃতন্মনোভিঃ ১৭।

অন্বয়ানুবাদ—তে—পুরবাসি পুম্নমক, করুণং—নুংশিন, রুবন্তঃ—কল্লদুন অস্রং—পীন, অস্রাক্ষুঃ—শিষ্কখি, মুহুর্মুহুঃ—হন্ন হন্ন, কবোষ্ণং—খরশাব পীন, ন্যশ্বসিষুঃ—সিষ্করদুন, হা রাম—হে রামচন্দ্র, হা কষ্টম্—অৱাবনি ইতি—অসুম্ন, ব্রুবন্তঃ—হায়নরদুন, পরাঙ্মুখৈঃ—মমাই ওন্দুন, ( রামন ঐখোইবু থাদোক্তুন চৎখ্রে হায়ন ) মনোভিঃ — পুক্নিংন ( লেপ্লদুন ন্যবৃতন্—হন্নখি ।।১৭।।

---

মণিপুরী—রামন মীপুম্নমক্ অসি, ঐগী তুংইন্দুন চৎকদোরে হায়ব অসি, প্রমাণ কয়ান খুদম ওইদুন থংখি। ( ঙসি অহিং অসি মী-য়াম অসিগ লোইনন লৈমিন্নরগে নিংলদুন ] বনদ লৈবগী অৱাব, অকিব পুম্নমক্ ঙাক্লদুন, অহিং অদু লেনখি। মোং ঙাক্লবদ, ( রামন হায়খি ঐগী নুংশিরব প্রজা পুম্নমক! নখোই লোইন মফম অসিদ লৈরম্মু ঐদি গঙ্গা স্নান, অমসুং অর্পণনচিংব তৌরুগে হায়রগ ) ছল তৌদুন, লক্ষ্মণ অমদি সীতাগ লোইনন চৎখি ।।১৬।।

মীয়াম পুম্নমক অদুন, ( রাম লক্ষ্মণবু উরক্তবদ নুংশিরব খোঞ্জেল্ল কপ্লখি। হন্ন হন্ন পী শিঙ্করদুন, হকচাংদ খর শাব, মীৎকী পীন চোৎ-লদুন, হারাম, হালক্ষ্মণ, হায়ন কৌরদুন, অৱাব কয়া ওইনখি। অসুমন কপ্লরুরগ, মখোইগী পুক্নিংদ ফাওখি। [ রামন ঐখোইবু থাদোক্তুন এবনি হায়ব, খংলদুন ) মযুম্ লোমদ মমাই ওন্দুন চৎনখি ।।১৭।।

সূতোঽপি গঙ্গাসলিলৈঃ পবিত্রা
সহাশ্বমাত্মানমনল্পমন্যুঃ ।
সসীতয়ো রাঘবয়োরধীয়ন্
শ্বসন্ কত্তুষ্ণং পুরমাবিবেশ ॥১৮॥
প্রতীয় সা পূর্দদৃশে জনেন
দ্যৌর্ভানুশীতাংশুবিনাকৃতেব ।
রাজন্যনক্ষত্রসমন্বিতাপি
শোকান্ধকারক্ষতসর্ব্বচেষ্টা ॥১৯॥

অন্বয়ানুবাদ :—সূতঃ অপি—সারথিনসু, সহাশ্বম্—শগোলগ লোইনন, আত্মানং—মশাবু, গঙ্গা সলিলৈঃ—গঙ্গাগী ঈশিংন, পবিত্রা—শেংদোক্লহুন অনল্পমন্যুঃ—অৱাবথিবিক্ক, সসীতয়োঃ—সীতাগ লোইনরব, রাঘবয়োঃ—রাম লক্ষ্মণ অনিবু, অধীয়ন্—নিংশিংলুরগ, কত্তুষ্ণম্—থর শাব, শ্বসন্—সোর হোল্লহুন, পুরম্—কোনুংদ, আবিবেশ চংখি ॥১৮॥

জনেন—রামগী তুংইন্দুন চৎলুবব মীন, প্রতীয়—হল্লকপদ, রাজন্য নক্ষত্র সমন্বিতা অপি—থৱামিচাক্লুম্ন লংলব ক্ষত্রিমচাখিবিক্ক তিনব ওইহুনসু, শোকান্ধকারক্ষতসর্ব্বচেষ্টা—অৱাবগী অমম্বন মথৌনা পুম্নমক মাংগ্রব, সা—মথক্ক হায়রিব, পূঃ—অযোধ্যাদ, ভানুশীতাংশুবিনাকৃতা—নুমিৎ থা অনি থোক্তব, দ্যৌঃ ইব—আকাশগুম্ন, দদৃশে—উখি ॥১৯॥

---

মণিপুরী—সারথী অহুসু শগোলগ লোইনন ভাগিরথী গঙ্গাগী ঈশিংদ ঈরুজরহুন মশাশেংদোক্লগ, সীতাগ লোইনন চৎগ্রব, রাম লক্ষ্মণ অনিবু নিংশিংলুরগ, অৱাবখিবিক্ক ত্তিল্লব সারথী অহুন, অশাব সোরমপী হোল্লহুন, বান বান কোনুং মনুংদ চংখি ॥১৮॥

বিলোক্য রামেণ বিনা সুমন্ত্র-
মচ্যোষ্ট সত্ত্বান্নৃপতিশ্চ্যুতাশঃ।
মধূনি নৈষীদ্ব্যলিপন্ন গন্ধৈ-
র্মনোরমে ন ব্যবসিষ্ট বস্ত্রে ॥২০॥
আসিষ্ট নৈকত্র শুচা ব্যরংসীৎ
কৃতাকৃতেভ্যঃ ক্ষিতিপালভাগ্‌ভ্যঃ।

অন্বয়ানুবাদ ঃ—নৃপতিঃ—দশরথন, রামেণ বিনা—রাময়াওদন, সুমন্ত্রং—সারথীবু, বিলোক্য — উরগ, চ্যুতাশঃ—(সন্) নিংবকাইরদুন, সত্ত্বাৎ—স্বভাব পুম্‌নমক, অচ্যোষ্ট—লৈখিদে, [ ধৈর্য্যাৎভ্রষ্টইত্যর্থঃ - ধৈর্য্যতা ওইরম্বদগী জ্ঞান মাংখে ] মধূনি—মদ্যনচিংব [ময়াই কাব চিঞ্জাকসু] ন ঐষীৎ—নিংখিদ্রে, গন্ধৈঃ—মনম নুংশিব চন্দননচিংবন, ন ব্যলিপৎ—তৈখিদ্রে, মনোরমে—পুক্লিংগী অপাম্ব, বস্ত্রে—ফিবু, নব্যবসিষ্ট - শেৎখিদে, অমসুং ইনখিদে ॥২০॥

---

মণিপুরী—রামগী তুংইন্দুন চৎলুরব, মী পুম্নমক হল্লকপদ, (রাম কাইনবগী অবাবগী অমম্বন মথৌনা পুম্নমক মাংখ্রব, থবামিচাক্‌ন্ন লংলব ক্ষত্রিগী, অথৌব কয়ান তিন্দুনসু, মুমিৎ থা থোক্ত্রব আকাশগুম্ন, অযোধ্যা কোম্নুংবু উখি ॥১৯॥

দশরথ নিংথৌন রাম য়াওদন সারথি মথন্ত হল্লকপ উরগ নিংলম্ব বাখল পুম্‌নক কাইখি। অদুগ য়াম্‌ন ধৈর্য্য শীল ওইব স্বভাব পুম্‌নমক লৈখিদে, [ হায়বদি জ্ঞান অদু মাংশিনলক্লে ] মতম অদুদ ময়াই কাব চিঞ্জাক পামখিদ্রে, মনম নুংশিব চন্দননচিংবনসু হকচাংদ তৈখিদে, নিংথৌগী ফজরব ফিজেৎ লৈতেং পুম্‌নমক পামখিদ্রে ॥২০॥

স চন্দনোশীরমৃণালদিগ্ধঃ
শোকাগ্নিনাগাৎ দ্যুনিবাসভূয়ম্ ॥২১॥
বিচুক্রুশুর্ভূমিপতের্মহিষ্যঃ
কেশানলুলুঞ্চুঃ স্ববপূংষিজঘ্নুঃ।
বিভূষণান্যুন্মুমুচুঃ ক্ষমায়াং
পেতুর্বভঞ্জুর্বলয়ানি চৈব ॥২২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— চন্দনোশীরমৃণালদিগ্ধঃ — চন্দনন, চরোৎ অঙৌব মরান, থম্বোন তৈরব, সঃ — দশরথন, শুচা — অবাবন, একত্র — মফম অমত্তদ, ন আসিষ্ট — লৈব ঙমখিদে, ক্ষিতিপালভাগ্যঃ — নিংথৌগী লৈতেং ওইব, কৃতাকৃতেভ্যঃ — সনা লুপা খিবিরু লৈতেংবনু, বারংসীৎ — পামখিদে, শোকাগ্নিনা — অবাবগী মৈন, দ্যুনিবাসভূয়ম্ — স্বর্গদ লৈফম ওইন,। অগাৎ— চৎখি. [ হায়বদি পরলোক ফংখি ॥২১॥

ভূমিপতেঃ — নিংথৌগী, মহিষ্যঃ — কৌশল্যানচিংবী মহারাণীশিংন, বিচুক্রুশুঃ — কপনখি, কেশান্ শম্ পুম্ নমক্ ললুঞ্চুঃ — চাইথোকখি, স্ববপূংষি — মশা পুম্ নমক্ত, জঘ্নুঃ — য়ৈথি, বিভূষণানি—অলঙ্কার পুম্ নমকপু, উন্মুমুচুঃ — থাদোকখিঃ ক্ষমায়াং — পৃথীদ, পেতুঃ — তুখি, বলয়ানি খুজিনচিংব পুম্ নমক, বভঞ্জুশ্চৈব — অমসুং থুদেকৃখি ॥২২॥

---

মণিপুরী---দশরথগী অবাব মৈন চাক্লব হকচাংদ, চন্দনন, চরোৎ অঙৌব মরান, থম্বোনচিংবশিং অসিন, তৈত্নুনসু ইংব লৈখিদে। মরম অসিন মফম অমত্তদ, পোথাতুন লৈব ঙমখিদে। নিংথৌগী লৈতেং ওইব, সনা লুপা পুম্ নমক থাদোক্তুন, রামগীদমক্ত খন্ন খন্ন স্বর্গগী লম্বিদ চৎখি ॥২১॥

তাঃ সান্ত্বয়ন্তী ভরতপ্রতীক্ষা
তং বন্ধুতা ন্যক্ষিপদাশু তৈলে।
দূতাশ্চ রাজাত্মজমানিনীষুঃ
প্রাস্থাপয়ন্মন্ত্রিমতেন যূনঃ ।২৩।

সুপ্তো নভস্তঃ পতিতং নিরীক্ষা-
ঞ্চক্রে বিবস্বন্তমধঃ স্ফুরন্তম্ ।

অনয়ানুবাদঃ— বন্ধুতা— মরূপ মপাং পুম্‌নমক্ক, ভবতপ্রতীক্ষা--(সতী]ভবতবু ঙাইনব, তাঃ— মহাবাণীশিংবু, সান্ত্বয়ন্তী- -থেমজিন্নহুন, তং —দশবথগী অশিব মশাবু, আশু থুন, তৈলে - থাওদ, ন্যক্ষিপৎ— থাদখি, বাজাত্মজং— ভবতবু- আনিনীষুঃ— লৌরুগে নিংহুনা,যুনঃ-মথোৎ কাবকপ, দূতান্ —দূতশিংবু, মন্ত্রিমতেন— মন্ত্রিণী য়াথংন, প্রাস্থাপয়ৎ— চৎহন্‌খি ।।২৩।।

মণিপুবী— দশবথনিংথৌন শিববদ। মহাবাণী কৌশল্যানচিংবী পুম্‌নমক্ক নিংথৌবু কৌহুন কপনখি। নুংশিরব মচা, নুংশিবব মপুবোইব কাইনবগী অৱাবন, মশম মনা ইফা ফান, খুজিনচিংবন লৈতেংলিব পুম্‌নমক থুদেক্কুন, চাইথোক্‌খি। অদুগ থবাক্ক খুহুম্‌ন শুবহুন লৈবাক্ক তুখি।।২২।।

মরূপ মপাং পুমনবক্ক ভবতবু লাকপ ঙাইনব, মহারাণীশিংবু নিংথিব বাহৈন থেমজিনখি। অদুগ দশরথগী অশিবমশা অহু মতম কুইন থম্ব য়ানব থাওদ থাদহুন থমখি। মপাঙ্গল কলব নহা ওইব দূতশিংবু, মন্ত্রিগী য়াথং লৌহুন ভরতবু লৌরুনব চৎহনখি।২৪।

আখ্যদ্বসন্মাতৃকুলে বসিত্বা
পশ্যন্প্রমাদং ভরতোঽপি রাজ্ঞঃ ॥২৪॥
অশিশ্রবন্নাত্যয়িকং তমেত্য
দূতা যদার্থং প্রতিপন্নমন্ত্রাঃ ।
আংহিষ্ট জাতাঙ্ঘ্রিভিঃ তদা না-
বুৎকণ্ঠমানো ভরতো গুরূণাম্ ॥২৫॥

অন্বয়ানুবাদঃ—মাতৃকুলে—মমাগী য়ুমদ, বসন্—লৈরগ, ভরতঃ অপি—ভরতনসু; দূতঃ (সন্)—ভুম্নিচৈদ (মমঙ্গ) নভস্তঃ—আকাশদগী, পতিতম্—তারক্লন অথঃ—লৈপাক, স্ফুরন্তঃ—চৎলমুব, বিবস্বন্তং—মুম্নিৎপু, নিবীক্ষ্যকে—উখি, রাজ্ঞঃ—নিংথৌগী, প্রমাদং—অনর্থ ওইববু, পশ্যন্—উরগ, সখিভ্যঃ—মরূপশিংদ, আখ্যৎ—হায়খি ॥২৪॥

যদা—মতম অদুদ, দূতাঃ—দূতশিংন, এত্য—লাক্লগ, প্রতিপন্ন সমন্তঃ—হন্নগে নিংলদুন, তং ভরতবু, আত্যয়িকং—অমাংব থোকপ্রিব অর্থং—কৈকেয়ীগী মবম পুম্নমক, ন অশিশ্রবন্—তাহনখিদে, তদা—মতম অদুদ, গুরূণাং—পিতানচিংবু উৎকণ্ঠমানঃ—নিংলিব, অসৌ তরক্ষ—অদুগুম ভরতন, জাতাঙ্ঘ্রিভিঃ—চৎলগে হায়ন নিংদুন, আংহিষ্ট চৎখি ॥২৫॥

মনিপুরী—(মামগী ময়ুমদ লৈরিব ভরতন; ভুম্নিচৈদ (মমঙ্গ) আকাশদ থোক্লিব নুমিৎন, নাম্বরক্লন মঙাল কয়ামুক লোইনন, লৈপাক তারুন চৎলম উখি। দশরথগী কয়ম অবাব থোক্লবনো হায়ন মমারূবশিংদ, মংগী বা পুম্নমক নিংথিন তমখি ॥২৪॥

বন্ধূনশক্তিষ্ট সমাকুলত্বা-
দাসেদুষঃ স্নেহবশাদপায়ম্।
গোমায়ুসারঙ্গগণাশ্চ সম্যক্
নায়াসিষুর্ভীমমরাসিষুশ্চ ॥২৬॥
স প্রোষিবানেত্য পুরং প্রবেক্ষ্যন্ন
শুশ্রাব ঘোষং ন জনৌঘজন্যম্।
আকর্ণয়ামাস ন বেদনাদান্
চোপলেভে বণিজাং পণায়ান্ ॥২৭

অন্বয়ানুবাদঃ—সমাকুলত্বাৎ—পুক্কিংদ বাপ্রদুন, স্নেহবশাচ্চ — নুংশিবন থুদুম চনখিদুন, বন্ধূন্—মরূপ মপাং ময়া মপানচিংবন, অপায়ং—অমাংবনু আসেদুষঃ—ফংলবর হায়ন, অশক্তিষ্ট—চিংনখি, গোমায়ুসারঙ্গগণাশ্চ—শজি লমহুইনচিংব পুম্নমক্কসু, সম্যক্—অনুকূল ওইন, ন অয়াসিষুঃ—চৎখিদে, (লমহুইন য়েৎওইনরগ শাজিন ওইওইনখি) ভীমং—অকিবগী মশক ওইন, অরাসিষুশ্চ—অমসু খোংখি ॥২৬॥

---

মনিপুরী—মতম অদুদ দূতশিংন লাক্লগ, কোন্নুংদ থোক্লিব থৌদোক পুম্নমক, অমত্ত তাইহলখিদে। অদুগ ভরতনু চৎননব হাত হায়খি। ভরতনসু মতম কুইন উন্নদ্রব, গুন্নশিংবু উনলিংদুন, য়ৌনিংখিবন, করি অমত্ত (হংলুব তৌদন) অযোধ্যা তান্ন চৎখি ॥২৫॥

মতৌ অসুম্ন ভরতন লাকপ লম্বীদ, লমহুইন য়েৎওইনন খোংখি অদুগ শজিন ওইয়ইনখি, অসিগুম্ব অমঙ্গলগী থুদম ময়াম্ন, অকিবগী মশক ওইন, খেক্ক খেক্ক খোংখি। মদু উবদ ভরতগী পুক্কিংদ চিংনখি। কোন্নুংদা ইমা ইপা, মরূপ মপাংশিংগী কয়ম্ব অবাব তারবনো, হায়না মওন্ মওন্ থনুখি ॥২৬॥

চক্রন্দুরুচ্চৈর্নৃপতিং সমেত্য
তং মাতরোঽভ্যর্ণমুপাগতাস্রাঃ।
পুরোহিতামাত্যমুখাশ্চ যোধা
বিবৃদ্ধমন্যুপ্রতিপূর্ণমন্যাঃ ॥২৮॥
দিদৃক্ষমাণঃ পরিতঃ সসীতং
রামং যদা নৈক্ষত লক্ষ্মণঞ্চ

অন্বয়ানুবাদঃ—সঃ — ভরতন, (প্রোষিবান্ সন্)— মতম্ কয়ামরুম লৈরুরগ, এত্য—লাক্লগ, পুরং—অযোধ্যা কোনুংদ প্রবেক্ষান্—চংলকপদ, জনৌঘজন্যং—মীয়াম্ তিনবদগী খোক্লকপ, ঘোষং—খোঞ্জেন্বু, ন শুশ্রাব— তাখিদে, বেদনাদোন্ —বেদপাঠ তৌবগী খোঞ্জেনবু, ন আকর্ণয়ামাস—তাখিদে, বণিজাং—ললোনবশিংগী, পণায়াংশ্চ—লৈব য়োনব অমত্তসু, ন উপলেভে—উব ফংখিদে ॥২৭॥

মাতরঃ—কৌশল্যানচিংবী মমা অহমন, পুরোহিতাঃ— পুরোহিতশিংন, অমাত্যমুখাঃ—লুচিংলব মন্ত্রিশিংন, যোধাশ্চ—লানমীশিংনসু, অভ্যর্ণম্—আসন্ন ওইরব, তং—ভরতবু, সমেত্য—ফংলগ, বিবৃদ্ধমন্যু প্রতিপূর্ণমন্যাঃ—খৌরিদ কোক্ক নঙলদ অযাব খিবিক্ক তিল্লহুন, উপাগতাস্রাঃ—মিৎলুদগী পী শিন্থরহুন, উচ্চৈঃ — খোঞ্জেম বাংন, নৃপতিং — নিংথৌবু কৌহুনা, চক্রন্দুঃ—কপ্‌নখি ॥২৮॥

---

মণিপুরী—ভরতন মতম কয়ানিমরুপ (মমাগী মুমদ) লৈরুরগ হললক্কুন অযোধ্য কোনুংদ চংলকপদ, মীয়াম তিনবগী মখোন অমত্তসু তাখিদে। বেদপাঠ তৌবগী খোঞ্জেলসু তাব ফংখিদে। অদুগ ললোনবশিংগী [পোৎয়োনব মীশিংগী] অমগ অমগ লৈনব য়োন্নব অমত্তসু উখিদে। [হায়বদি পুম্মক অসি চপ মান্নন বামিল্লখি ॥২৭॥

রোরুদ্যমানঃ স তদাভ্যপৃচ্ছৎ
যথাবদাখ্যায়ত বৃত্তমস্মৈ ॥২৯॥
আবদ্ধভীমভ্রুকুটিবিভঙ্গঃ
শেষীয়মানারুণরৌদ্রনেত্রঃ ।
উচ্চৈরুপালব্ধ স কেকয়ীঞ্চ
শোকে মুহুশ্চাম্ব্রিয়তং ন্যমাঙ্ক্ষীৎ ॥৩০॥

অনয়ানুবাদ—সঃ—ভরতন, পশ্বিতঃ — মফম পুম্নমক্ত, দিদৃক্ষমাণঃ — [ সন্ ] মেঙ্গে হায়ন নিংলকুপ, যদা—মতম অহুদ, সসীতং—সীতাগ লোইনন, রামং—রামবু, লক্ষ্মণংচ লক্ষ্মণবুসু, নঐক্ষত—উখিদে, তদা—মতম অহুদ, রোরুদ্যমানঃ—হন্ন হন্ন কপ্লহুন, অপৃচ্ছৎ—হংখি, অথ—অদুগী তুংদ, অস্মৈ — ভরতগী মফমদ, বৃত্তং — থোকখিব মরম পুম্নমক, আখ্যান্—হায়খি ॥২৯॥

---

মণিপুরী—কৌশল্যানচিংবী মমা অহুমন, পুরোহিতন, লুচিংলিব মন্ত্রিশিংন, মনাই মশল কয়া, অাম্বিশিংনসু, লাক্লিব ভরতগী মনাক্ত চংশিন্দুনা, থাংবমঙদ্রব অবাবন থৌরিদ অমসুং কোক্ত, নঙলদ মপুং ফাবহুন, মিৎলুদগী পী শিঙ্করহুন, দশরথ নিংথৌবু খোঞ্জেন কাংন কৌহুন কপ্লখি ॥২৮॥

ভরতন মফম পুম্নমক্ত [ লৈব মচিন্ মনাও মরূপ মুপ্পাং অমসুং নিংথৌনচিংব পুম্নমক ] উনগে নিংলক্তপ মতম অহুদ, সীতাগ লোইন্ন রাম, লক্ষ্মণবু উদবগী অবাবন, কুপ্পকপ্লহুন [ লৈরিব মীয়ামশিংদ ] হংখি। মাব হংলিব অহুগী মতুং ইন্ন, থোকখিব থৌদোক পুম্নমক ভরতদ তমখি ॥২৯॥

নৃপাত্মজৌ চিক্লিশতুঃ সসীতৌ
মমার রাজা বিধবা ভবত্যঃ।
শোচ্য বয়ং ভূরনৃপা লঘুত্বং
কেকয্যুপজ্ঞং বত বহ্বনর্থম্ ॥৩১॥
নৈতন্মতং মৎকমিতি ব্রুবাণঃ
সহস্রশোঽহসৌ শপথানশপ্যৎ।

অন্বয়ানুবাদ :—সঃ—ভরতন, আবদ্ধভীমভ্রুকুটীবিভঙ্গঃ—(রামন লৈরমদবগী মরম খংলবগী তুংদ) শাওখিবন, অকিবগী মশক ওইন পীগুম থেক্লদুন, শেশ্বীয়মানারুণরৌদ্রনেত্রঃ—অশাওব হেনগৎখিবন মিৎ অনি অদু অঙাংব নুংশাগুম্লব মিৎন, কেকয়ীং—মমা কৈকেয়ীবু [য়েংলদুন] মুহুঃ—হন্ন হন্ন, উচ্চৈঃ—খোঞ্জেন যাংন, উপালব্ধ—চৈরদুন শোকে—অবাবগী সমুদ্রদ, অবিরক্তং—অপনব লৈতন, ন্যমাঙ্‌ক্ষীচ্চ—অমসুং লুপখি ॥৩০॥

সসীতৌ—সীতাগ লোইনরদুন, নৃপাত্মজৌ—রাম লক্ষ্মণ অনিন, চিক্লিশতুঃ—অবাব ফংপ্রে, রাজা—দশরথন, মমার—শিপ্রবদ, ভবত্যঃ—নখোই পুম্নমক, বিধবাঃ—লুখ্রা ওইরে, বয়ম্—ঐখোই পুম্নমক, শোচ্যাঃ—অবাব ওইরে, ভূঃ—পৃথ্বীদ, অনৃপা—নিংথৌ পান্দব ওইরে, বত—অবাবনি, কেকয্যুপজ্ঞং কৈকেয়ীদ থংহল্লগ, বহ্বনর্থং—কান্নদব [দোষ ময়াম অসিন] লঘুত্বং — অপিকপ মতৌ [অতোনবা মতৌ ওইরে। ॥৩১॥

---

মণিপুরী—[রামন লৈরমদবগী মরম খংলবদ] শাওখিবন পিগুন অদু থেক্লদুন, মাক্লব নুংশাগী মঙানগুম্ন, ঙাংলব মিৎ অনিন, মমা কৈকেয়ীদ [য়েংলদুন] অবাংব খোঞ্জেন্ন হন্ন হন্ন চৈরদুন, অবাবগী সমুদ্রদ, অপনব লৈতন লুপখি ॥৩০॥

উদ্ব'শ্যমানঃ পিতরং সরামং
লুঠ্যন্ সশোকো ভুবি রোরুদাবান্ ।।৩২।।
তং সুস্থয়ন্তঃ সচিবা নরেন্দ্রং
দিধক্ষয়ন্তঃ সমুদূহুরারাৎ ।
অন্ত্যাহুতিং হাবয়িতুং সবিপ্রা-
শ্চিচীষয়ন্তোঽধ্বরপাত্রজাতম্ ।।৩৩।।

অন্বয়ানুবাদঃ—সশোকঃ--অবাবগ লোইনরব, অসৌ---ভরতন, সরামং রামগ লোইনন, পিতরং---দশরথবু, উদ্বাশ্যমানঃ---খোঙ্গেন বাংন কৌরহুন, ভুবি---পৃথীদ, লুঠ্যন্---গুল্লহুন, রোরুদাবান্--হন্ন হন্ন কপ্লহুন, এতৎ মতং---থোক্লিব অসি, মৎকংন---ঐন তৌব [থোকহনব] নত্তে, ইতি---অসুম, ব্রুবাণঃ---হায়রহুন, সহস্রশঃ---লিশিং লিশিংলক হন্ন, শপথান্---থাজনব বা কয়ামুক, অশপ্যৎ---তৌখি [হায়খি] ।।৩২।।

---

মণিপুরী—ভরতন মমা কৈকেয়ীদ খংননব হায়খি। অবাবনি সীতাগ লোইনন রাম লক্ষ্মণন, অবাব ওইরে, সিংথৌন রাম কাইনবগী অবাবন ময়ম ওইহুন শিখে। হৌজিক নখোই পুম্নমক লুখ্‌। ওইরে, ঐখোই পুম্নমকসু অৱব তারে, অযোধ্যা অসি নিংথৌ পান্দব লৈবাক্ ওইরে, [অসিগুম্ব দোষ ময়াম অসি] অপীকপ, অতোনব, বাখল ওইবদগী [হায়বদি নিংথৌগী পদবী পাম্বদগী পুম্নমক অসি থোকখিবনি ।।৩২।।

অবাবগ লোইনরব ভরতনা, রামগ লোইনন দশরথবু খোঙ্গেল বাংন কৌরগ, লৈপাক্ত গুল্লহুন হন্ন হন্ন কপখি। অদুগ অসুম হায়খি, [হন্দক ইমাগী খুজিন থেরাংদগী] থোক্লিব থৌথোক পুম্নমক অসি ঐদি করি অমত্ত খংদে, ঐন ইনশিনবসু নত্তে, হায়হুন কয়া কয়ারক হন্ন থাজনব, মাগী অশেংব বাখন কয়া পুথোকতুনা হায়খি ।।৩২।।

উদক্ষিপনৃপট্টদুকুলকেতূন্
নবাদয়ন্‌বেণুমৃদঙ্গকাংস্যম্।
কম্বুংশ্চ তারানধমন্‌ সমন্তা-
ত্তথানয়ন্‌কুঙ্কুমচন্দনানি ৩৪।

অন্বয়ানুবাদঃ - সচিবাঃ - মন্ত্রিশিংন, তং - ভবতপু, সুস্থয়ন্তঃ - নিংখিন তপথহল্লহুন, নরেন্দ্রং - দশরথবু, দিধক্ষয়ন্তঃ - দাহ তৌগে নিংলহুন, সবিপ্রাঃ - ব্রহ্মণশিংগ লোইনন, অন্ত্যাহুতিং - প্রেতগী আহুতিবু, হাবয়িত্বং - হোম তৌনবগীদমক, অধ্বরপাত্রজাতং - যজ্ঞদ চংব পোৎলম পুম্নমক, চিচীষয়ন্তঃ - হেক্লহুন, আরাৎ - লাপ্তন, সমুদূহঃ - নিংখিন ফংবি, (শ্মশানভূমি - য়োৗখ) ।।৩৩।।

পট্টদুকুলকেতূন্ - রেশমী ফিগী ফিবামবু, উৎক্ষিপন্ - থুংখি, বেণু-মৃদঙ্গকাংস্যম্ - বংশী খোংব পুং মৈব, সেন মৈব পুম্নমক, অবাদয়ন্ - মৈখি, তারান্ - খোঙ্কেল থাংন, কম্বুংশ্চ - মোইবুংনসু, অধমন্ - থলহনখি, [খোংখি] সমন্তাৎ - মাইকৈ পুম্নমক্কী, কুঙ্কুমচন্দনানি - কুংকুমচন্দননচিংববু, আনয়ন্ - পুরকখি ।।৩৪।

মণিপুরী - মন্ত্রিশিংন ভবতপু নিংখিন তপথহল্লগ, নিংথৌগী মৃত দেহ অদু দাহ তৌগে নিংলহুন ব্রাহ্মণশিংগ লোইনন অশিব হকচাং অদুন হোম তৌনবগীদমক যজ্ঞগী পোৎচং কয়াগ লোইনন [কোম্নুংদগী লাপথোক্কন] শ্মশানভূমি শেমহুন, যজ্ঞগী চিতা মথক্ত থাহ্নংখি ।।৩৩।।

চিতাগী অকোইব চিথেক মরিদ, রেশমি ফিন শেমলব ফিরান থুংখি। পুং মৈব, শেন মৈব, বংশী খোংবনচিংব যন্ত্র পুমনমক্ত মৈহুন (মঙ্গলগী ধ্বনি তৌরি) অদুগী মরক্ত অঋাংব খোঙ্কেলদ মোইবুং খোংখি। মাইকৈ পুম্নমক্কী মনম নুংশিরব চন্দনগী মথল পুম্নমক্ত, নিংথৌগী দেহ অদু দাহ তৌনবগীদমক পুরকখি ।।৩৪।।

শ্রোত্রাক্ষিনাসাবদনং সরুক্মং
কৃত্বা'জনে প্রাক্শিরসং নিধায়।
সঞ্চিন্ত্য পাত্রাণি যথাবিধান
মৃত্বিগ্ জুহাব জ্বলিতং চিতাগ্নিম্ ।৩৫।।
কৃতেষু পিণ্ডোদকসঞ্চয়েষু
হিত্বাভিষেকং প্রকৃতং প্রজাভিঃ।
প্রত্যানিনীষুর্বিনয়েন রামং
প্রায়াদরণ্যং ভরতঃ সপৌরঃ ।।৩৬।।

অন্বয়ানুবাদ ঃ---ঋত্বিগ – সংস্কর্ত্তা ভরতন, অজিনে – কৃষ্ণসার কৌব সজি মউন্দ, প্রাক্শিরসং – মকোক নোংপোক ওন্ন, নিধায় – থাঙ্গৎলগ্নুন, শ্রোত্রাক্ষিনাসাবদনং – নাকোংদ মিত্র নাতোন্দ চিনবান্দ, সরুক্মং – সনাগ লোইনন, কৃত্বা – তৌরদুন হাপলদুন, পাত্রাণি – শ্রুবনচিংব যজ্ঞপাত্রন, যথাবিধানং – বিধি কাইদন, সংচিন্ত্য – [হকচাংগী অবয়ব খুদিংদ] হাপলদুন, জ্বলিতং – চাক্লব, চিতাগ্নি – চিতাগী মৈদ, জুহাব – হোম তৌখি ।।৩৫।।

ভরতঃ – ভরতন, পিণ্ডোদকসঞ্চয়েষু—অস্থি সঞ্চয়ক, পিণ্ডদান, শ্রাদ্ধ তর্পণনচিংব পূয়মক, কৃতেষু —তৌরগ, প্রজাভিঃ — প্রজা পুম্নমক্ন, প্রকৃতং — নিংথিন তৌরিব, অভিষেকং—রাজ্যাভিষেকপু, হিত্ব—

মণিপুরী —ভরতন শবদেহগী কোক অত্থু শবেং মউন মথক্ত, নো'পোক ওন্ন থাঙ্গৎতুনা থমলগা মিৎ, নাকোং, নাতোন, চিনবাম, হায়রিব মফমশিং অসিদ সনান লৈতেং হাপখি। অদুগ হকচাংগী মফম খুদিংদ যজ্ঞ পাত্রন, বেদ বিধি কাইদন হাপলদুন কয় চাক্লিব চিতাগী মৈমুংদ অশিব দেহ অদুন হোম ওইন কংখি ।।৩৫।।

শীঘ্রায়মাণৈঃ ককুভোঽশ্রুবানৈ-
র্জনৈরপস্থানমুপেত্য সৃপ্তৈঃ।
শোকাদভূঃ যৈরপি ভূশ্চকাসা-
ঞ্চকার নাগেন্দ্ররথাশ্বমিশ্রৈঃ ॥৩৭॥

অনয়াবান্ন—থাদোক্লন, রামং—রামচন্দ্রবু, প্রত্যানিনীষুঃ—হন্লক হন্গে নিংঙনা, সপৌরঃ—পুরবাসি পুম্নমক লোইনন, অরণ্যং—বনদ; বিনয়েন—নোললুক্লন, প্রায়াৎ—চৎখি ॥৩৬॥

শীঘ্রায়মাণৈঃ—থুন চৎলিবশিংন, ককুভঃ—মাইকৈ পুম্নমক্ক, অশ্রু-বানৈঃ—শিনবা থুংন ( চৎলিবশিংনা ) অপস্থানম্—লম্বী নত্তবদ, উ-পেত্য—ফংলগ, সৃপ্তৈঃ—চৎলিবশিংন, শোকাৎ—অৱাবদগী, অভূযৈঃ অপি—লৈতেংদ্রবসু, নাগেন্দ্রবথাশ্বমিশ্রৈঃ—শগোল শামু রথখিবিক্ক লোইনরব. জনৈঃ —মী পুম্নমক্ক, ভূঃ — পৃথীদ; চকাসাঞ্চকার—নিংথিজখি ॥৩৭

---

মণিপুরী—ভরতন দশরথগীদমক পিণ্ডদান, অস্থিসঞ্চয়, শ্রাদ্ধা তর্পণ-নচিংবা, কর্ম্ম পুম্নমক মপুংফান তৌখি। অদুগী মতুংদ প্রজা পুম্নমক্ক, নিংথৌ ওইনবগীদমক লাংলিব থৌরাং পুম্নমক থাদোক্লন, বামন বনদ চৎখ্রিব অদু অমুক হন্ন লৌক্লনবগীদমক, পুরবাসি পুম্নমক লোইনন নোললুক্লন চৎখি ॥৩৬॥

মী পুম্নমক্ক ( রামবু উনিংবদগী ) থুন মাইকৈ পুম্নমক, শিনব থুংন লাকপনা লম্বী নত্রবসু, ফংলুব মফম পুম্নমক্ক অতৎপ লৈতন চৎখি। মখোইশিং আসিন অৱাবন ( থুমহৎখিদুন ) মখল মখলগী লৈতেং কয়া মাওদ্রবসু, শগোল শামু, রথ, কয়াগ লোইনন লাক্লিব মী পুম্নমক্ক পৃথিবীদ নিংথিজব ওইখি ॥৩৭॥

উচ্চিকিয়িরে পুষ্পফলং বনানি
সস্নুঃ পিতৄন্ পিপ্রিয়ুরাপগাসু।
আরেমুরিত্বা পুলিনান্যশঙ্কং
ছায়াং সমাশ্রিশ্রমুশ্চ ।৩৮।
সম্প্রাপ্য তীরং তমসাপগায়া
গঙ্গাম্বুসম্পর্কবিশুদ্ধিভাজঃ।
বিগাহিতুং যামুনমম্বু পুণ্যং
যযুর্নিদ্ধশ্রমবৃত্তয়স্তে ।৩৯।

অন্বয়ানুবাদঃ—তে—মী পুম্নমক্ত। বনানি—বনপুম্নমক্ত, পুষ্পফলং—হৈ-লৈবু, উচ্চিকিয়িরে—হেকখি, আপগাসু—ঈশিং খিক্তি, সস্নুঃ—ঈরুজখি, পিতৄন্—পিতৃলোক পুম্নমকপু, পিপ্রিয়ুঃ—পেলহনখি, পুলিনানি—তুরেল খোংবানশিংদ, ইত্বা—চত্তুনা, অশঙ্ক—চিংনব লৈতন, আরেমুঃ—অরাব কোক্লব, (আরেটুঃ—অরাবগী খোঙ্গেন্ন ভাংনরক্লন) ছায়াম্ — উরুমদ, সমাশ্রিত্য—চংশিন্দুনা, বিশশ্রমুশ্চ — অমসুং পোথাখি ।।৩৮।।

তে—মী পুম্নমক্ত, গঙ্গাম্বুসম্পর্কবিশুদ্ধিভাজঃ—ভাগীরথী গঙ্গাগ শোক্ক-জরুবদগী পুক্কিং হকচাং পুম্নমক শেংলদুনা, তমসাগাযাঃ—তমসানদীগী,

---

মণিপুরী—মী পুমনমক্ত বন কয়াদগী, হৈ-লৈ হেক্তুনা চাখি, অমসুং চিনখি। অদুগ ঈশিংদ ঈরুজত্তুনা, পিতৃলোকশিংদগীদমক জলাঞ্জলি কত্তুনা পেলহনখি। অসুমন তুরেনগী খোংবান কয়াদ চিংনব লৈতন লাকপন অরাব কোক্লব। উরুম ফংলগনু পোথাখি ।।৩৮।।

ঈযুর্ভরদ্বাজমুনের্নিকেতং
যস্মিন্ বিশশ্রাম সমেত্য রামঃ।
চ্যুতাশনায়াঃ ফলবদ্বিভূত্যা
ব্যাস্থন্নুদন্যাং শিশিরৈঃ পয়োভিঃ ॥ ৪০

তীরং—খোংবানবু, সম্পাপ্য—ফাংলগ, নিরুদ্ধশ্রমরস্তয়ঃ অবাব পুম্নমক কোক্লহুন, পুন্যং শেংনব, যামুনং—যমুনাগী, অম্বু—ঈশংদ, বিগাহ্যঃ—স্নান তৌনবগীদমক, যযুঃ—চৎখি ॥৩৯।

(তে—মীপুম্নমক্ল) ভরদ্বাজমুনেঃ—ভরদ্বাজমুনিগী, নিকেতম—আশ্রমদ, ঈয়ুঃ—চৎখি, যস্মিন্—মফম অদুদ, রামঃ—রামচন্দ্রন, সমেত্য—লাক্লুন বিশশ্রাম—পোশ্বাখি, (অর্থ—অদুগী তুংদ) তে—মী-পুম্নমক্ল) ফলবদ্বিভূত্যা—উহৈগুম্নব বিভূতিন, চ্যুতাশনায়াঃ—অবাম্বা পুম্নমক কোক্লহুনা, শিশিরৈঃ—ইংশঙ, পয়োভিঃ—ঈশিংন, উদন্যাং—খোরাংবর ব্যাস্যান্—কোকৃখি ॥৪০॥

---

মণিপুরি—মা পুম্নমক্লন ভর্গীনবা গঙ্গাগী ফলগ, শোক্লক্লবদগা পূক্লিং হকচাং—পুম্নমক শেংলগ, তমনা নদীগী খোংবান্ ফংখি। মতম অদুদ মীয়াম পুম্নমক্লা অবাব কোক্লহুন, পুন্যাগী মশক ওইরবা যমুনা তুরেন্দ, স্নান তৌনবগী দমক চৎখি।

মীপুম্নমক্ল ভরদ্বাজমুনিগী আশ্রমদ চৎখি। মফম অদুদ [আশ্রমদ রামচন্দ্রন লাক্লুন পোশ্বখি। অদুগী তুংদ মী পূম্নমক্লা উহৈন মপুং ফারবা সম্পত্তি অদু লৌহুনা অবাম্ব কোকখি। অদুগা ঈশিং খোরাং পূম্নমকসু কোকখি ॥৪০॥

বাচংযমান্ স্থণ্ডিলশায়িনশ্চ
যুযুক্ষমাণানদিশং মুমুক্ষূন্।
অধ্যাপয়ন্তং বিনয়াৎপ্রণেমুঃ
পদ্গা ভরদ্বাজমুনিং সশিষ্যম্ ॥৪১॥

আতিথ্যমেভ্যঃ পরিনির্বিবপ্সোঃ
কল্পদ্রুমা যোগবলেন কেলুঃ।
ধামপ্রথিম্নো ম্রদিমান্বিতানি
বাসাংসি চ দ্রাঘিমবন্ত্যদূক্তঃ ॥৪২।

অন্বয়ানুবাদঃ—বাচং যমান্—মৌনব্রত ওইব, স্থণ্ডিলশায়িনঃ—লৈবাক্ত হিপ্তুন, অনিশং—অতৎপ লৈতন, যুযুক্ষমাণান্—যুক্ত ওইগে নিংতুন মুমুক্ষূন্—মোক্ষপদবু ফংগে নিংতুন, অধ্যাপয়ন্তং—ছাত্রশিংদ ব্রহ্মবিদ্যা তম্বিরিব, সশিষ্যম্—শিষ্যশিংগ লোইনবব, ভরদ্বাজমুনিং—ভারদ্বাজমু—নিবু, [তে—মখোইন] পদ্গা [সন্ত—মখোংন চত্তুন, বিনয়াৎ—নোল্লুক্লন, প্রণেমু—খুবমখি ॥৪১॥

এভ্যঃ—ভরতনচিংবশিংগীদমক্, আতিথ্যম্—অতিথিগী সৎকারবু, পরিনির্বিবপ্সোঃ—পীগে নিংতুন, ধামপ্রথিম্নঃ তেঙ্গগী মপৈন, যোগবলেন—যোগগী শক্তিন, কল্পদ্রুমাঃ—কল্পবৃক্ষ ময়ামন, কেলুঃ—মহৈ য়ানখি; ম্রদিমান্বিতানি—থাংলব মতৌন তিল্লব [কুপ্পনাল্লব] দ্রাঘিমবন্তি—শাংলব বাসাংসিচ—ফিময়ামসু; উদূক্তঃ—থোকহন্খি ॥৪২॥

মণিপুরী—মৌনব্রত ওইদুন, লৈপাক্ত হিপ্লগ অতৎপ লৈতন যুক্ত ওইদুন, মোক্ষপদবু ফংগে নিংতুন ছাত্রশিংদ ব্রহ্মবিদ্যা তম্বিরিব শিষ্যশিংগ লোইনরব ভরদ্বাজ মুনিবু, মী পূম্নমক্ন মখোংন চংশিন্লক্লুন নোল্লুক্নন, খুরমখি ॥৪১॥

আজ্ঞাং প্রতীয়ুর্বিনয়াদুপাস্থু-
র্জগুঃ সরাগং ননৃতুঃ সহাবম্ ।
সবিভ্রমং নেমুরুদারমুচ্চু-
স্তিলোত্তমাদ্যা বনিতাশ্চ তস্মিন্ ॥৪৩॥

অন্বয়ানুবাদঃ—তস্মিন্—মতম অদুদ, তিলোত্তমাদ্যাঃ—তিলোত্তমাগুম্বী বনিতাশ্চ—নুপীশিংনসু, আজ্ঞাং—য়াথংবু, প্রতীয়ুঃ—লৌরদুন, বিনয়াৎ—নোল্লকুন, উপাস্থুঃ—লৈখি, [ পাদপ্রক্ষালনাদিনা অসেবন্ত—খোংহা-ক্ষনচিংব সেবা তৌখি ] সরাগং—রাগগ লোইননা, জগুঃ—ইশৈ শকখি, সহাবং শৃঙ্গাররসগ লোইননা, ননৃতুঃ—জগোই শাখি, সবিভ্রমং—বিলাসগ লোইনন, নেমুঃ—খুবমখি, উদারং—গম্ভীর ওইনা, উচুশ্চ—অমসুং হায়খি ॥৪৩॥

---

মংগপুরী—ভরতনচিংব লাক্লিব মীপুম্মক্ত, অতিথিগী সংকার তৌগে নিংলদুনা, ভরদ্বাজ মুনিগী যোগগী তেঙ্গ মপৈনা, কল্পবৃক্ষগুম্ব মহৈ য়ানখি। মদুদি খোংলব অমনুং নায়শাংলব, ফি কয়ামুক খোকহলখি ॥৪২॥

মতম অদুদ ( লাক্লিব নিপাশিং অদুগী হৈনব ঘুম, চানব, থকব, তুম্মব, পুম্মক অরাংপ লৈতনা খোকহন্খিব ) মশক ফজবা তিলো ত্তমাগুম্বা জগোই শাবী নুপীশিংন নিপা অমমমগী সেবা তৌরদুনা, ( পাদপ্রক্ষালনচিব লোইবগা ) য়াথং লোদুন রাগগ লোইনরব, ইশৈ শকুনা জগোই শাখি। বিলাসগ লোইনন খুরমদুন, নিংথিরব ৱারীসু শানখি ॥৪৩॥

